ইমাগী

# লৌনম

ইজবা :—
সাইখোম বাবুধন সিংহ

অনিশুবা ফোংবা।

ফোংজবা :—
মণিপুর সোসিয়েল ডেভেলপমেণ্ট এসোসিএসন, ইম্ফাল।

মমল লুপা ২·০০

নম্ফম : সেভেন ইউনিয়ন প্রেস, পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

# "হায়জব"

লৌবিরো তোল্লব ঐগি থুদোলসে ইমা
তিংথোকপিরক্তুন পামজব ইমাগী পাম্বোম,
হাংদোকপিরো সুংশিজরব প্রেমবুল্লি
চান্ন থুদোলসে হাপ্পনব।
লাংথোকপিরক্রো শৌরব ভকশমদো ইমা
লংনবিরমু অমুক হন্ন চিংনতন
হুকচরগে ঐগি লৈবাং পরেং
নহাক্কীদমক লেংজরুব।
পামজরুরব নংগি সাহিত্য মন্দির,
মতিক চাদ্রবসু থাজগে থন্ন
শেমজরব পিক্লিব লৈরাং চার
মিংলেন্দ 'ইমাগী লৈনম'।
ওইবিযু লৈতেং সাহিত্য মন্দিগি
পংলিব নরাগি লৈত থুদোলসে,
লৌবিযু যুগাইন শাংলক্লিবী লৈনমহেন্নবী
নহাক্লি, মীতৈ সাহিত্য মন্দিরনি।
সেনবিরমউ নিমন্ন পাকচেল চাওরবী ইমা,
হন্থীরমউ ইপাওসে লাইরব নচাগি
পন্থোপোকপ অবেক 'অমুমচা' নাপ্পদ
'লৈজদন কংচবনি নগুন'।

অইব—



## ৱাহৈ অনি মরিদং

শ্রীগি আশাদি 'অকবগি মহৈ অফবতনি'।

অৱাব অমদি মীনোক মীশা কয়াদগি, করম্ব লৌনম লৈচুন য়োমহুন, মুংশিবগি তম্বাক্ত মচাবু লোংলগ, পিরাং কয়াগি লোম্থোক্তুৰব ইশৈদ, করম্ব স্নুর হাপ্তুন, তুংলমচংকি মৈরিবু য়েংজন, করম্ব জগোই শাথেক্ত, মিংকুপ অমত্তং হরাওমীনোক নোকচহুন; মৈরিগি পামজব মৈঙালবু, অকনব নোংলৈ মরক্ত, করম্ব য়ুখলখাদ মুংহন্দন থমখিব। চিক্লব আশাগি ফিরৈদ, অনৌব মুংশি মাগি পোংথাংবু লোংচহুন, মাতবু শংজখিবী! মীনোক মীচৈগি তুম্লব ময়া লিশিং—পানগ্রব তাদোনবু, থংগেন মুংশি মাগিদমক, ঙাকথোকচখিবী, করম্ব মমানো? খংবিরো ঙসিদি মুংশিথোইর'।

মরুপকি :—

ইজব— সাইখোম বাবুধন সিংহ

হৈরাংগোইথোং।

# মিৎয়েং অমা

ইবুংঙো :

ইবুংঙোগী "ইমাগী লৌনম" লৈখল শুন শাৎলব মৈতৈ সাহিত্যগী লৈকোন্দ অনৌব লৈরাং অমা পোমশাৎনরকপগুম নিংথিজে। লাইরব ইরোল ওইজরবসু মৈতৈ সাহিত্য মন্দিরদ মৈরি পিরু ভাল্লীব পুজাগী মৈ, মকা লাম্ন কাখৎলকলগনি খঞ্জে।

ব্লারেংগী মওং নিংথিজে। মীংথোলগি মরম পক্লজে।

তাকলী অহানবদ 'মুংশিব'। মুংশি থোরিন উইবর? চৎন শম্বলন কনবর? অহন য়াথংন থোবর? 'মুংশিব' মশুং লাংগীদমক 'মুংশিবী' মানা অমদী 'মুংশিবী' মশুংলাংগীদমক 'মুংশিব' মানা অল্লা কোঙাই কদাই ফাওব থাংব ঙম্বগে। মুজা ওইবীগী মথোনা কদাই ফাওব ফবগে? 'পাম্মু' মানা নাক্ত লৈরগ পাঙল শোনবীগী মপোক্ত পোকলবী 'পাম্মুব' মানা কয়াম মথোনা লৈরব—। মুংশিবগী চাং করম্ন ওনগ দৌরীব—অল্লা মুংঙাই অনিমক্ত মুংশিব মাদী ইমুংত মুংশিহুন লৈগনি উৎলী।

অসিতসু নত্তন 'সমাজ'গী মওংসু তাক্লি। 'মমা' ওইবীগী মতিক চারব মগুণ অমদি মথোনা উংলী। মুপী ওইবীগী লেমজনফম ওইরব মগুণ তাকলী। মমান মচাবুমী ওইনব হোৎনবদ 'লৌনম' ইয়াও য়াওদ্রবর মউৎলি।

মৈতৈ সমাজ নোংম নোংমগী মোৎশল্লক্লে। 'মৈতৈ মুপী' ওইবগী মগুণ য়াম্ন ময়েং তাথরক্লে। চাওখৎলকপগী মতিক মুপীগী লমচৎ মোৎশনলকনি হায়নবতু চুমলে হায়ব য়ারে। 'মণিপুরগী মুপী' অমা ওইবগী তৌনফম থোকপা ব্যবহার অমদী চেনফম থোকলব মগুণ—কদাই হে‍ৗজক্কী মণিপুর সমাজদ। সমাজগী ফিভমদি 'মুপী' ওইবীশিন লেপকদবানি। নো চুপ-লোমগী ইরাংদ তাওরীবী মণিপুব মুজাশিংসে করম্ন ইমা লৈবাক কনগনি?

অসুম্ন অরি অনৌ ওম্নরকপ মতাং অসিদ ইবুংঙোগী 'ইমাগী লোনম' হয়ব ব্রারেং অসিন মণিপুর মুজাশিগী থৎমোয়দ খরত ওইরবসু মণিপুর মুপাগী মগুণ তাকপ ঙমগদ্র খঞ্জে।

নহাক্কী নয়াম্ব

(এনঃ তোম্বী সিংহ)

ইডিটর 'মীতৈ লৈরাং।'

তাং ৬।৬।৬৮ ইং।

# ইমাগী

# লৌনম

মৈতৈ কংলৈপুংময়োনগি অল্লাং হারমদ উখুলবু শকপংনবি-রুরব্র? লমদম অশোমগি চীং লম্বী হৌগৎলকপমক্তদ পিক্তক তৌব চীংতম অনিগি ওইব খুঙ্গং অম থেংনবিগনি। অদোমগ লমদম অসিদ অমুক্ত চৎমিন্নসি।

খুল অসিদ উপায় লৈত্রব তোল্লবশিং কয়াগি জিব হিংনরি, জিব চাওনরি। মাইকৈ অমদ উবিগনি পিক্তক্ল ফজরব খুষ্টা-নগি চর্চ্চন নারক্ত লোত্তুন লৈব। অল্লাংব চাদোন্দ কাখৎলগ য়েংবিরবস্ন মথা পাংন তমগি খুলশিংন পারব লৈচিলগি কৈজু-পন্নুংদ পোথাক্তন য়াতাবক্ত মশেন মরাং উবিগনি। নুমিদাংদ য়েংবিরবদি ইম্ফাল সহরগি ইলেক্ট্রিকি মৈওাল শুকশোই শোই-দন উবিগনি। মফম অসিদ অল্লাংপ লৈতে হায়জনিংই। মতৌগ মান্নন পোইরৈ মাবু 'সনাকৈথেন' হায়ন কোলোইনৈ।

সনাকৈথেন্দ পিক্তক তৌব তরু তরুন মল্লব খাংপোকশঙ অমস্ন লৈ। মতম অমদদি খাংপোক অক্তদ পোম্বী চেক্লা অনিথক হরাও চান্নন পুন্সিগি হৌগৎলকপ অয়ুক্ত পুক্লিং লৈতান চাক্তা-মিন্নরমই। অরৈব খর য়েন্নক্তন অল্লাং অপা থিনক্তন চিল্লোক্লন পোম্বী চেক্লা নুংশি মিনোক নোকমিন্ন, চান্ন ল্লারি শামিন্ন; অল্লাবদ

কপমিন্ন মুঙাইবদ নোকদিন্ন, তাইবংগি পুন্সি কৈথেল কাক্ত-রম্বনি। মপু শিন্থা তুংইন্ন পারি মিত্ত উৎত্রে পোম্বী চেক্লা অনিমক!

পোম্বী চেক্লা অনিসে, অকাও পরৈ চনগমু, চৎনবিগি লিচিংন কনখিবন ময়ুম লমদম থাদোক্লম্লব শাবী-শানৌ অনিনি।

সহরগি মতোন্দ হাইন হুম্ন চিলওক ব্লারি শামিন্নখিব, শরৎকি থাবল কয়াদ ক্রুব্বু য়েংতুন অরাং মাইকৈ ওন্দুন লৌনসি পুন্স লৈপুন ওইামন্নসি শাবনখিব মুরা পাখং অনিগি চিক্রব অহিংদ, থাবলগি ঈপোমদ, শান্নখিব ব্লাবী কয়া লৈবি। তাংথক নাইদ্রব মালংদ শান্নখিব মুরা-পাগংগি কুমৈ কয়াদুবু ব্লাখলগি ঈপাক্ত তাওতুন লৈরি।

× × × × . ×

পোইমুগি পুর্নিমা মতুং নিনি কোম্থব মুমিত্ত পোম্বী নাক্ত শাখপ তোইন চেক্লা পাইবকখি। থমোয় ঈথুম্ন ঈহৌরকপ পিরাংবু নক্কত্তুন চেক্লান মখোইনৌ পোম্বীদ চিংন য়েংজরমই। উপায় লৈজদ্রবী, মুংজানব মুজাগি মপোক্ত পোক্লবী পোম্বী মাদি মথংলেনগি অসিগুম্নব খংহৌদন ওইরক্লিব অন্নাবগি হৌক্সু খংজদবন মিপাইন হংজখি:—

—করি তৌবিরবগে? ওাস দি অদুক মুংঙাইতন উরিব?

—কমদৌনবু মুংঙাইগনি? খন্দুন য়েংউ সুনিতা নংদি য়াইফ-কোনগি লৈরাংনি। নংগি পম্থৌ চাইগোনগি মিংশেলদ লাইরবগি মমি অমত্ত পক্তবনি অদুগ ঐন লাইরকোনগি পি-পাং শুদ্রব কেশোনি।

—অদুগি ওইরে অদুক মুংঙাইত্রিব? ঐসে নংগিদমক লেপ্লি হায়রিবমক্তদ।

—হোয়নে, ঐগিদমক্ত নংন লেপ্লিরি অদুগ ঐগিদমক্ত ৱাশকউ হায়বদি ঙমদে। যন যজন লেপ্লিবজাংনি। নং-ঐগি মুংশি ৱারিদ. সগোলশেন মুমিৎাক নোংজুগি অয়ুক ঐন কাওর-রোইদব নহাক্কি অরোইব শক্তমনি।

—নহাক মদুগি য়াম্ন মুংঙাইত্রমাল্লে, ঐ ঙসিদি ৱাশকল্লগে। অসি হায়দুন পোম্বীগি শক্তম লৌরিবী মুনিতান সনাগি খুদোপ অমা মখুত্তগি লৌথোরক্তন চিক্লগ ৱাশকখি "করিগুম্বা ঐনা নংগি নফনদগি মায় লৈঞ্জবদি, খুদোপ, অসিগি ময়েক অসি ইশাদ তাব ওইসন্নু।" মাগি ৱাশক তারগ চেক্লা মান হায়রকই:—

—মুনিতা......, কেশো ঐস্নু অদুমক ওইসন্নু। অদুগ ঐন ৱরিবদি মদুগি করিমত্ত নত্তে। নংগি ৱাশকন ঐঙোন্দ নংবু থাজব হেনগৎহনবস্নু য়ারোই ৱাশক্তগ ময়েং তাবস্নু লৈরোই। ঐন নতৌ য়েংনিংদুন হায়জিনলুবনি; নতৌদি নহাম্ন য়েংঞ্জে। য়েংউ ঐন ৱারিবাদ ঐন নিংথেমচাময়ুমদ পোকপ অদুগ নখোইগি শলাইস্নু নিংথৌজা, য়েক থোকই। অদুন অহন লম্মনন য়ানদে হায়।

—মদু য়ৌরক্লবদি পংলবী ঐদি করিস্নু থংত্রে। নংগি নপান তাংবন ঐগি হিংজফমনি থংবিয়ু। ঐস্নু কয়ামুক থল্লুরে অদুবু কমদৌনি ............?

তাইবং শিন্থা মাংওইনন চেক্লা পোম্বী অনিমক পুম্ন চাক্তা-মিম্নরসি তাইবং ঈপাক্ত কুম্মিম্নরসি হায়ন তেমশিংনদুন পোম্বী

চেক্লা অনিমক খুজেং পালোইনগ্রে। চেক্লা মরানয়াইদ পোম্বী শাখপ তম্লক্লে। য়েক লৌনৈ হায়ব, ইন্দে; ভাংব তাদে হায়-ছুন পোম্বী চেক্লা অনিবু খোংথাং খুদিংদ চৈব হৌরক্লে। মিকুপ খুদিংদ ভাংব হৌরক্লে। মস্থরক্লব খুংলাইন অরেং খুদিংদ মখোল থোকপগুম, অহন ওইরব মীওইশিংগি হকচাং কয়াংশিংগু কোমস্থরক্লমালে উরুব খুদিংদ ভাংখিবন অমগি মথংদ অমা মথং মথং লিথবন মশরুক ওইরি। "য়েক্লি ফাদোক্লসি, ফত্তে থাইদোক্লৌ" অসি নত্তব ব্লা অমত্ত কেশো অমস্থং স্থুনিতাগি নাপদ য়্যৌরকখিগ্রে।

কেশো, স্থুনিতাগি মুংশিবগি ঈচেলতন হকচাং খুদিংদ শিম্থুং-শ্রবদ অত্থুগ মৌগিশিংদ চন্নবী মুক্তা মাবু সমাজগি মিচৈ কিবদগি করম তরাই থাদোক্লনি? পুন্সিদ ওইথোক্তবনি "ইশানৌ মাগি ঐনি, ঐগি মানি।" অসি খন্দুন ফাগিন থন্নব সমাজগি আর্থ থোক্লরোই-দব পাখোং কয়াবু থাজদন তুমিন লৈগে নিংগ্রে। অত্থুবু হায়হৈত্রব ব্লাহৈ কয়া শিজিমত্থুন নাকল খুদিংদগি মীশা লাং-লক্লবদ অন্না পোংলুম কোক্ত থোন্দুন চিন্তা পোংহাম্লখে। অযুক মুংখিল ক্লেপ্তুন হিদরন্নিব মাগ য়েরব্লাহৈ তাংলক্লে। "চংনবীবু চক্রব নহাক্ত লৈমিন্নত্থুন শাগৈ লৈখা তারনি শগৈলক্ত তিন্নজু" হায়ত্থুন পোম্বী চেক্লা অনিবু ইস্থোকপিরক্লে। চেক্লা পোম্বী অনিমক লৈকম চাকম খংখিগ্রে। মতমপুম্বদ চেক্লাগি পম্মৌ মীচৈ ব্লাহৈদি "পোম্বী মাবু থাদোবখে।" অসিতনি। মুংশি মগুংলাংগিদমক অভাওবগুম থোক্লব কেশো "থোক্লব

লাকনি অদুবু শুনিতাদি ঐগিনি," খন্দুন ময়ুম থাদোকে নিংখে।
শুনিতাগি তয়াং-তশোইরব পুক্লিংবু করি চিংনদনব থেম্লমই।

মীচৈ কয়াবু খাংওমদ্রব, তৌজরুব মরালগি কনানসু থৌওই-বিদন ইস্মোকপিরব কেশোন মীগী মচাবু ওক্তবী করম্ন ওইহনগনি ওইহনব য়াদে খন্দুন নিংব কাইবগ লোইনন হিক হৈন তেংথাদুন অহিংগি অমম্বদ, চাংজৌ নাইত্রব মালংদ, পোম্বী-চেক্লা শাখপ তোইন সনাকৈথেন তাম্ন অনৌব লৈতাকম থিরকথি। তমগি পোম্বী চেক্লা অনিমক চীংগি চিঙ্গাক চায়রে চীংগি শম নমদ থোন, হৈ-হৈ হায়ব শৈহেক লোয়নন অব্রাংব চীং কায়রে অকুৎপ লোক কুম্নরে; জঙ্গলগ মরুপ শায়রে, উমংগ মপিজা ওইরে। চীংজুম লাইজ ঈথক্লরে।

চৎন শম্বল লাল্লুগন মপু চৈথেং পিবরা? কনাগি থৌশিন ওইরিদ্র? অব্রাবন পোম্বী-চেক্লা অনিদুবু কোইশেন শেম্নদুন তাম্নরি।

ধরা নালা তারগা তাইবংগি অব্রাববু কাওগদ্র মচাগি কুম্মৈ য়েংদুন? নত্রগ হেম্ন ব্লাগদ্র মপুগি থৌশিন ইন্দুন?

মমাংঙৈগি মতমদ মখোইনিন পোক্লকদব মচাগি মমিংবু পোম্বী চেক্লা অনিন পামজব থিদুন কৌসি হায়নদুন ইপং পংন মিংথোনখ্রবনি। পারি ফংলব মতমদ মখোইনিন থোনখ্রব মচাগি মমিংদুবু কৌজরগ মচান খুম্লকপ তাজনিংন থৌরাংজরব শুর অদুবু ঙাইজরমই। অদুবু মমাদ 'মামা' মপাদ 'পাপা' কৌব ওমগ্রিঙৈদ পলেম পম্মোগি অমত্ত ঙাইজারব মপারিদো লৈরোন

চনখ্রে। মিৎলু লাইজ ঈথক্লন মুরা পাখং অনিমক মপারি কাইন মৈশা লাংখি, পুন্সিগি অনৌব হিদেন্দ।

শান্তিগি মরুংদ কন য়াম্ন মুংঙাইন পোথাফুনসু পুক্লিংনবু পোথাফম খংদন তয়াং তশোইরব অমসুং লৈতাদ্রবদি; হকচাং কয়াংশিংগি অন্নাব হন্থব ঙম্লোই। ন্নাখলগি অমকপসু কোকপ ঙম্লোই। মশান মরাল লৈরব মীদি অমুব ফিগুম্বনি। অঙান-বদসু মুন উগনি অমম্বদসু মুন অহুমক উগনি। অহন লমনগি হায়ব ইন্দবন লমন তোনশিনলব কেশো, সনাকৈথেন্দ ওৎপিনব কনা য়াংদ্রব ঙাংবিনব কনা লৈত্রবসু; অসুক য়াম্ন শান্তি কংহুনসু পুক্লিংগি পোথাফম খংদবন অন্নাব কয়াবৃদি নংদব য়াদ্রমাল্লে। মচাগি মৈচাক অন্নাব মথং মথং হাপকৎলক্লি।

লেপ্তুন চেল্লিব তুরেলগি ঈচেলগুম চেস্থরিব মতমগি ঈচেল, খংহৌদন অসুম অসুমমক চৎখি। কনাবু হন্ন য়েংলমদে। তাল্লকসিদ তাইবং মীওইবন হরাও মথোই কাহুন ফাগিদ তাং ভৌহুন কানাবুসু উশিত্তে। মশান হেন্ন শিংলবনি হায়ব কাওব লৈতে। অরোইব পন্থ্রং ঙাইবদ কনাবু ওৎলমই কনাবু চৈরমই। তাইবং ফম্বাক্ত লৈবিব খুদিং মাগিনি মতাগুম খোমজিনগে লাক্নরি, অরোইব পুন্সিগি মিহুন্দদি খুদিংমক অমত্ত পামদবগুম খুবাক তিংথোরক্লুন অমত্তসু পায়যু য়ানদে। অন্নাব কাওথোকপ, শিনি হায়ব নিংশিংনদব অমসুং অফ-মুংঙাইগি আশাতন মীওইব হিংনবগুম তৌরি।

পিরাংন চামথোকপ তোইবন অমত্ত পোকচব মচাগি মৈচাক খজিক খজিক মুংথরক্লে।

অনৌব মমোম অমুক ফংজরে সংসারদ মুংঙাইন পাঙ্গরনি। পোম্বী চেক্লা অনিন থোনসি হায়ন ঙাংনঞ্জব কোলোইদো মমোমদ থোনবিরে। হন্নাও মোমোন নোকচরে। নোইপেম্ম নিংথিজরব অমত্ত শাৎলিবী মমোম্বু য়েংজহুন সংসারগি লিল্লা মপুং ফারনি হায়ন পোম্বী চেক্লা অনিন খঞ্জে। অহুবু অনিংবদ ওইবিয়ু হায়জবস্ু তাবিব নত্ত। মীন নিংবন অমা লাইন তম্বন অমা অস্থুম্ন মান্নদবস্থু ময়াওই। কমদি তৌনি অহুবু? মমা মপাগি পেঞ্জনকম ওইহুন অন্না পোথাফম মমোমদ ওইররে। অয়ুক্কি শক্তিক মুমিদাংগি থবাগুম খঞ্জরব মমোমনি। অন্নাংব চীং কাহুন অকুৎপ লোক কুমহুন ন্নান থবক শুরুবদগি হল্লকপদ খংপোক্লুংদ চংহুন মমোম্বু থাদ লৈথহুন হুমাং হন্দোক্লকম ওইরিবী মমোমনি। তাইবং মিনোক তমজহুন তাইবং চিঞ্জাক চাজরবীনি।

মনা পুংলব পাম্বীদ ফজন শাৎলিবী লৈরাংবু ফজব পাম্ব কনান মীমুংশিগি মিত্তি তাংবন পৎ থদৎলি। মতুংদদি লৈরাং হন্নাওন শাৎপ ফংদ্রেদো। লৈরাং থৎঞ্জব লৈপালম্ হাইন হুম্ন থাংহৌরেদো, তয়াং তশোই। মতৌসিগ অমত্তনি মমাগি শেগাদগি মচাবু নোংদম্ব মান মুনখিব! অহুবু লোম্হোক্ত্রব লৈরাং পাম্বীগি মিকপ্তি তাদবন খংবিদে, মাগি অন্নাব। নোংমগি অয়ুক্কি। মুমিত্তুগি ওইন মমা-মপা অনিমক তাইবং চন্না তল্লি। মতম অহুদ মচান কাফৈ কাফৈ চৎখিহুন খংপোকশঙদগি মপান থোকপ্রে। শুমখোকউ হায়ন নোংদম্বন তমখ্রবোই। ওহাক্তংহুদি পোম্বী চেক্লা অনিদো অকাওবগি লাংদ থুরুবোই। তালক

অহুদ অমত্ত পোকপী মমোম, ঈংখোলগি পরিকোরম্নুংদ লৈব পুখি, অমগি মনাক য়োৎখে। লাইজ ইরোম্নুংদ লৈথখে মবুংবু খিব চংথ্রবোই। তাইবং বিদাই লৌরম্নগ থন্নায়ন হকচাং থাদোক-খে। মমাদ 'মামা' হায়রক্রে মপাদ 'পাপা' কৌরক্রে। উপায় লৈত্রব মমা মপাদি অন্নাবগি মথক্ত অন্নাবন ননশিন্দুন তাইবংগি লিন্নাবু আর্থ য়াওদবোই নিংলক্লে, কাম্নদবনি থনলক্লে। করম্নবু থনলোইদগে? থনগনি। অমত্তস্থু নত্তন মপারি মমোম অনিমক মমাগি শেগাদ্গি মুনখে। ঋথম্ন অহন ওইখিব থংহৌক্রে মমা মপা অনিদো। চিন্তান মকোক চাওখে। অঙাওব মান্নক্লে শক্তমদো। থমোয় শোক্লব ঋাহৈন য়েকশ্রব পোশ্বী চেক্লাগি থমোয়ম্নুংগি অন্নাব কয়াবু মতমগি ঈচেলম্নুংদ লুপ্ন য়াথিক্রে। ওরাংত থোকখিবগুম মচাশিংন তৌরম্ব কুম্মৈবু মমিত্ত মথং মথং চেম্ঘোরক্লি।

নিংথিন ময়োল চোংলব ঙমা ঋান থুদিংমক কেনব নাই। অহুবু কেনখিনি হায়হুন প্রকিতিগি খুদোনবুদি লৌরোই হায়ব ঙমদে। মলম্ভগি য়েনিং হুনলকপ ঙনা শিংনাগি অশংব শক্তমু য়েংবদ পুক্নিং হুন নিংথিরৈ, ফজৈ। অহুবু কয়া কুইগদগে? ঋাকচৌংগি উলেম্ন য়েথবন মহানদি নাকেনথান হেক্ত তুংইনলকই। অহুবু মতম-গিদি লৌদ্রবদি য়াদে। পোশ্বী চেক্লা অনিদো অনৌব মপারি অমুক ফংজরে। অন্নাবগি ঈয়োম্নুংদ ঈরাক্লকরব মপা মমা অনিমক কাথংনফম ওইদ্রব পাবৈ ঊরবগুম অমুক হন্ন হন্নাও মিনোক নোকচরে। পিক্নিব মপারিবু য়েংজহুন অন্নাব পোথাবজরে। মমা

মপা অনিন নহা ওইরিবৈদ খোনসি হায়ন ঙাংনরব মমিংহু মচা'-হুদ খোনবিরে "শরৎরাজ"। মমা মপাগি অমত্ত ওইরব খল্পনিংঙাই ওইব ল্লাখন্দি মচা শরৎরাজন পুন্সি তোলোইন মপুগি শেবা যংজহুন মুঙাইন তেক্ত কাইদ পাঙ্গবনি। মতম পুম্বদ মসিতবু থনাল। মচাবু করিদ শোইখিগনি মসিতবু নিংই। মচান নোংমতং থর কপ্তবদ, 'অঙাংসি ঙসিদি কপত্রে করি তৌরবনো' হংনৈ। নোংম থর হেল্ল কপ্পদ 'ঙসিদি করিগিনো অঙাংশি কপমল্লি' হায়হুন মিপাইজৈ অমস্নং ল্লাজৈ। নোংমতং থর কুইন তুম্বদ তুম্মল্লি থর হেক তুমদবদ করিগিনো তুমদে অস্নুম ল্লাজৈ।

তাইবং পুন্সিগি শিব ঙাইবদ চংদব য়াত্রব কয়াবু তানশিন-হুন কেশোন মপাঙ্গলবু ঙাইহাক শংদন হোৎনরি। অস্নুক য়াম্ন অন্না অনা নংজরবস্নু চৈরাক্ন্থা লোইদবগুম কেশো অন্নাবদ মথংলি। স্নুনিতা মহাকথক্কিদমক শাগৈ নাতৈ হুন্দোক্লমহুন সমাজগি চংনবিবু থোঙইদ চীংদ কাহুন পুন্সি লেনমিন্নশি লাক্লবনি। অহুবু নোংদম্ব বিধিনদি শাবী শানৌ অনিমক মুঙাইন পুন্সি মুংশাংন সংসারগি অন্না মুঙাই য়ামিল্পৌ তমখিদ্রমাল্লে। স্নুনিতাগি হকচাংহু নোংম নোংমগি শোঙ্গিলকপন য়েংব য়াশিনলক্লে। শেগাইরব খাংপোক মহুংদগি মপান খোকপ ল্লান থোক্লে। নারবনি হায়াস ভোপ তুন নাদে। নাত্রবনি হায়সি মীগ মীমাম্নত্রে।

অস্নুম অস্নুম লেপ্তুন খোংদোইরিব মতমন লাপ্প তপ্পি তপ্পি চংখি। মাগি খোংচৎপুদি উব ঙমদে, থোঙইদব কনান হয়েংস্নু মুমিং খোক্লকনি মখন্দোকই। অহুবু হোখুব মতমন অমুক

মাবুদি ঙাইবিরমদে। অম্মম অম্মম অতুমক পুখি। শরৎরাজম্মু মতম্ম খোংজোম ওইদুনা মথং মথং চাওখৎলক্লে। নোকপ হৈরক্লে মীন ল'নবদ মমিং উৎবগুম মথোং মথুং কাওথোক কাওশিন তৌব হৈরে। নিঙাইদি ওন্থোক্ল চাওই মপুকম্মু লামগল্লি মমাগ ঙাইহাক পুঙ্গোয় লৎনব য়াদে। মমাগি খোম্নাং ঙাইহাক্ত থানব য়াদ্রে। নোয় পেম্ন খোংহৌফরব মচাবু উজবদদি মমা-মপা অনিন হরাওন মমিং কুপ্পুন য়েংজরি। সসারগি অল্লা অনা খিবিকপু কাওথোকপ ঙমলি। অতুবু অল্লা-অনাগি লাংন কুপ-শুব্র? তাইবং অনিমক্কি খোংথাং থুদিং থুদোংথিবগি অল্লাবদমক থেংনবগুম তৌরি। অল্লা-মুংঙাই অনিমক্কি পুন্সি ইশৈবু মপুগি পামেল য়াকাবুংদ চিলওক্লন তোংমিন্নতুন শকামগ্নৌ তম্মমদ্রমাল্লে। মুরা সুনিতাগি হকচাংতু অমুক ফগৎলক্কত্র হায়বু হেম্ন হেম্ন অল্লাফমদ তাথে। য়েংবদ কিব পোক্লক্লে। হৈনৌ অমুনবগুম তঙাং তঙাংন পুম্মুম তারম্ব নিংথিজবব থজাই অনিদো ইকোপ কোপশিনখে। হকচাংগি কুচু তাইফেং তাইখে। মচাগি কুম্মে তুংকোইন উগনি নিংখিদ্রে। কোইরাওনন মুশিন মুবব শঞ্জি মিতাগুম তথক তৎব্লম্ব মিংসনা অনিদো থাংগুমদ থাংগুমদ চংখিবন কুৎশিং কুৎখে। মুংশিজরব মচাবু কোন্দুতু মচাগি য়াইফ থৌনিজৈ। কুংলব মিত্ত থিংব ঙমদন চেম্বরাক্লব প্রেমগি লাইজন কোপ্লব থজাইগ নাক য়েত্ত ঈরোং অনি লোংন অরেপ্প লৈতন চেম্বরক্লি। পাঙ্গল থোক্তব থৌদোকপু নিংশিং নিংশিং থম্মোই ঈক্লম্নররি। পুন্সিগি য়াহিপ তানলগদমাল্লে নিংজরবী

উপায় লৈত্রবী সুনিতা মথংলেনবু মিৎ কুপ্তন চিংন চিংন য়েংলচুন মপারিবু শিন্নজরকই "থৌনফব ইবুংঙো নংনি নুপা ওইবগি মপোক, ইশুংলাংগি অন্নাবদ নংলক্লব ইপুরোইবনি, উপায় লৈত্রবী লাইররবী ইবুংঙোগি নুংশি খুদোল কৎচব ঙমজন্ত্রবী ননাইনি, ঙসিদি ন্না অমত্ত হায়জগে তাবিয়ু, ঐন লাইরৈবাক তানগ্রগ নপারি মীরোল তাদ্রিবসিতদি তাথিবিন্নকো।" পোম্বীগি শৈনৌ শৈহেক তারগ পাইম পুক্লিং পিনৌন চেক্লান থেমজিনজখি "করিগি অতুক ন্নাথন হন্থবগে সুনিতা? করিগি লাইরৈবাক তানগদৌরিবনো? নপারি চাওদব অপিথক ছন্দোক্রম্নগ কদাইদনো? ঐগি পুন্সিগি ইশৈ কয়া নুংশি নকাদ শকখিনি। ঐগি ইশৈন ইখম্নদ্রিঙৈ পোম্বী কৈদ পাইগনি?" তুংদসু মতমগি ঈচেলন নাকলদসু কিরব শম্বলন চপখ্রবদ ন্নারে হায়তুন ঙাইহাক করম পোথাসিগে পুন্সি শিন্থা মাংওইনন মীওইবগী পুন্সিন শিননব তাইবংদ খোং-দোইরক্লে। শিব তানব নত্তন কনানো মীওইব পন্থুংফম য়োরম-দাইদ সনা খুনগে থৌরাংলিব্রনে? নুপা তানগে নিংজিব্রনে? লাইবক থিদকো হা মীওইপোক্পা তমাগ পোম্বী-চেক্লাচা! মশান মশাবু থাজদ্রবী তমগি পোম্বী পিদোল্লবী শারব পুন্সি লৈকংলাগি লম্বীদ পোথাহন্নিংই অতুবু পোথাখো য়াখিদ্রে। নোংমগি নুমি-দাংন্নাইরমদ মপারি থাগোন তোক্তুন, মথংলেন চিংন য়েংলম্নগ অবোইব মিৎয়েং উইশিনখ্রে পুন্সিগি নুমিৎ তাশিনখ্রে। হা পাঙ্গল শোল্লবী নতুদি ইপোন পোন তাইবং লৌশিং শুদ্রিবী লমনাইদন মমলব অমং সংসারদ নদোম চৎপ কিতুন নপিজা কয়াবু

থিহুন, কিরূপ কিরূপ য়েংহুন, তুশোন মানশোন চৎপদো চেক্লা মান খন্দুন করম হিংহৌগনি খনবগে ?

হৌখিব মতম কয়াদ পোম্বী চেক্লা লাইবক য়ুমদিন্নজন মুংশি ন্নারি কয়া চিলওক্লন অমনব খাংপোকখাদ শাখিবনি. হৌজিক্তি মুনিতা মথংলেন্দগি পুন্সি বিদাই লৌহুন সংসারদাগ উঙমদব মফমহুদ পাইখ্রে খাংপোকখাদ মথংলেনগি পুন্সি ইশৈ অমুক হন্ন তারখিদ্রে।

থোন খুজি পায়থ্রব মীওইবন, পামদে ফন চেন্দুনমু, ইকাই হায়ন লাওহুনমু থোদোক্ল কনাবৃমু ঙাকপিদে। তাগ খনব মফমদ শোইদন মাগি তাফম্নি। কেশোন পিক্লিব মচাবু হিংনব য়োকপদ চাকইন খোমইন তৌবদো মথৌদি নত্তে অহুবু থৌহুন্দি মথক্ত তাশিনলক্লে। পিক্লিব মচাবু নাকন্দ য়েপ্লুন মচেম মচন শক্লবী চাংগি নিংঙান কয়াদ হায়ক্ল চৎস তৌরুরি। মচাগি নিংব থুংন খোম্লাংতবু থক্লন পিক্লি মবুক্তুবু থল্লবদি খন্দুন ইকাই ইকি কদাইদনো ঙম্ন তানখোকখে। নোংমগি চরা ফংননব হোৎনদবদি য়াদবন মপারি নমদ পোহুন লোইবী চীংগি চীংমাইদ য়োৎলৈ নোংখাং শাহুন হৈ-হৈ শৈহেক্ক লোয়নন মালেম মাবু য়াঙ্গরি। তৌহৈদ্রব মতৌনি য়েংহৈদ্রব মওংনি। চীংগি পামলৌ শুরিঙৈদ পিক্লিব মচান নমদ কপলক্লি। অমদ শিন্নহুন থমলমশি হায়র মীগিমু মথৌ কাইনিংঙাইনি। হায়ঙমদন তৌঙমদ্রব খোদৌবু খাদোক্তুন মচাবু শমুথক্ত খোন্দুন য়াক্লব মুংশা মরক্ত চেক্লা হুমাং তান তাইবং মপুক তাঙ্গরি। নমদদি

নৱান মিকপ তোই, উপাইদি লৈত চেক্লা মথংলেন সুনিতাবু কৌহুন মাগি অৱাব উদ্রবোই, পুন্সিগি অৱা মুংঙাই য়ামিন্নসি ৱাশরুখিব কাওরত্র, অচিকপ লমদমহুদ অমুক্তং খোংদোইরক্তুন মপারি খোম্নাং ইল্লো লাও অৱা মতেং পাংলো লাও, হা পোম্বী পাইরকও তাইবং খোংদোই হুল্লক্লো, হায়হুন মিত্তগি পিরাংগ লোইনন কৌঞ্জে। উপাই লৈত্রে খন্দুন ইংলব লোক্লুং তম্ন মমাই মমিৎ ইপোম পোম্ন মচাবু নমদ খোন্দুন ভম্নব চীংগি নাপোমদ কুমথরক্লি। লোক্লি লুরব ঈশিং তম্ন খোংথাং কুপ্প খোংদোইরক্লি। পিক্লব ঈচেল কয়াতন তিম্নহুন কয়াদ কল্লব ঈশিংগি ঈরৈ শেম্লিব। চেম্বরকপ ঈশিংন চাওরব মুংজাওথক্ত থং থং য়ৈশিল্লি। চোংথংলকপ ঈরিক্তন তাইবং ঈরুপনিঙাই ওইররি। নমদগি পিক্লিব মপারি মথাদ লৈথরে। নোংমদোন-থক্ত চিংন য়েংলহুন মথংলেনবু কোরকই "সুনিতা ঐবু কয়ামকুইন অৱাব কয় সি নংখিসিগে? ঐশু নপারিগ লাক্লান হা পোম্বী লাইবকচাওবী ঙাইহাক পুঙ্গোইদি ঙাইখো" অসি হায়রহুন ঈচেল কল্লব লোক্লি ইবেনতম্ন মুঙ্গায় মরক্ত মথং মথং মচাবু পম্নহুন কুমথরক্লে। "চীংমুংদগি থোরক্তুন অপিকপ ঈরোং কয়ান পুন্দুন অচৌব ঈচেল শেমঞ্জব নতম্বাক্ত ইপা ইচাগি পুন্সি াাহিপ তাঙ্গগে, হরাও হরাও লৌশিনবিয়ুকো" অসি হায়হুন ।চাবু চেক্তেং কোনশিনঞ্জে। পিক্লিব মচিনবান, মমাগি শক্তম নংথিন হৈজিনহৌরব পামজরব শক্তম অহুবু হম্ন হম্ন চুপ্প হৌরক্লে। হাইজিনলকপ ঈরিকশিংন মশাপুম্ব পুমচোৎ চোংখে।

চোংথরগে মতাগুম লুরব ঈরেন অহুগি মনাক্ত লৈব মু জাও অহুদ খোংফম শেমগ্রে। তাঞ্জা অহুদ কল্লব ঈথকশিংন মুংজাওদ তমথি তমথিন য়েশিনবদ থোক্লিব ঈরাওখোনগি মরক্ত খোঞ্জেন অমা তাখি। মাল্লি খোঞ্জেল অসি মুনিতাগি অরোইব শ্বরগ লোইনন ঈশিং লিংথব উন ফজন ঙৌখ্রব খৌনাওদগি থোক-খিব শন্দ শুদ্রব খোন্থোক অহুনি। অমুকস্মু নংহৌবরোই মতাগুম নিংঙমদব খোঞ্জেনদ লাওরকখি "নপারিবু সংসারদ মী অমত্তদি ওইহনবিরকউকো" ঈংলব ঈশিংন পুমচোৎ চোত্তুন ঈংলথস্মু খোঞ্জেন অহু তাবদ কেশোন হুমাং কাদব ঙমখিদে। খংহৌদন শ্বর মপি হোনখি। মচাবু হন্ন হন্ন চুপ্লহুন তোবান তম্ন চেনখৎলক্লে। মতম অহুফাওবদ মপারি কপ্প তোক্তিরু। কেশোন চোৎলব খুদৈগি কুঞ্জা লৌখৎলহুন ঈংলব ঈশিংহু পিক্লিব মচাগি কংলব মখনাওদ খজিক খজিক শুমথব হৌরক্লে। ঙাইহাক লৈরব মতুংদ শরংরাজ কপ্প লেপখে। কপ্পবগি ন্নারহুন মুনি-তাগি মিৎসনা অনি হৈজিন্ন মালহৌরব মিৎসনা অনিদো নিংঙাইদন খজিক খজিক উইশিনখে। মচাবু মনমদ থোনগংলে। মঙ মঙবগুম সংসারগি ইরাং খুদিংবু কাওখোক্রবমাল্লে। মচাবু নমদ হেক থোঙ্গৎপগ নুমিৎ তাখিবহু উরহুন ময়ুম খাংপোক তম্লক্লে। থমোয় ঈফুন্ন হৌরক্লিব, মচাবু মুংশিবগি প্রেমভাওবু কনাদস্মু লিদন মাগি থমোইনুংদ ভুমিন তাশিন্দুন থমখে।

হাদ পোত্মী মিপাইচাওবা অমং থোঙ্গান হায়দোক্কুন লৈচিন পোমাই লৈথোকউ নপারি কপ্প তারো। নপারি নিঙাইচাওব

থেম্লোলাওগব হা থাদোই !

অহিংগী মতমন লাক্লবদ পারি নল্লান কপ্পদ উপাইলৈত্রব চেক্লাদো, নোংদোনথক্ত য়েংহুন তগুপ তরেং ঙাম্ন থোক্লিব থল্লান-মিচাকশিংদ উনব য়াওরবদি পোম্বী মাবু কৌবিরকউ হায়ন চেক্লা পাওদমজে। তাব কৌব লৈত্রবদ মপালগি মুংশিংন য়ৈরগ মপারি হেদো নাহে চনাখনি, মোল্লাং কোকথেংনখিনি চিংনহুন মাগি লাইর খাংপোক্লুংদ চংইদো। ন্নাচেংকি চরপাই মথক্ত চরু থর চাইখত্তুন শেম্লব ক্ষমুংথক্ত মচাবু শুমজে। মুমিদাং চারা তমদন পারি শরৎপু মথান্নুংদ কোন্দুন য়াতাখিবশু কোঙ্গাইনি। খাংপোক মন্নুংশিদ নিংথম কুম্বী লাক্লবসু, ঈংবন থক থক নিক্লবসু মচানুতদি থাব লৈতন মথান্নুংদ চেজেৎ কোন্দুন মুপা মান হোংনৈদো। নোংজু মতমবু য়ৌরক্লে, খাংপোক অহোবদগি য়ুরকপ নোংলিকশিংন চেক্লাগি য়াহিপ থুগাইবিদো। শজিবু থাবু লাক্লবসু কল্লব শজিবুগি নুংশিংন খাংপোক হুমপ্রনি মতাগুম চেক্লা মান থাদ নল্লা কোন্দুন খাংপোকি য়ুম্বী ওইখিদো। অল্লাব খুদোংথিব কয়াসে খাংপোক মাসু নংখ্রবনি।

আন অনিন খুজং ওইখ্রব তুনিয়ানি। অফ ক্ষত্ত, অল্লা -মুঙাই, ক্ষজব-অথিব অসুম্ন মুপা মুপী। অমত্তং ন্নাৎপদ মঙং খিরব তাইবং খোংথাং গুদ্রব ! হায়দোকখিব য়াওরবদি অতাবসু য়াওরমই। শোইদনমক্কি অশেংবমক ওইদ্রবসু অয়াম্ব মখৈদি চুম্লে। মরমদি অঙাওব নত্রগ শোইনাইরব হায়গদ্র অসিগুম্বতন মতোমত মুকুম মুরুম শোপ্পবন! মুপা মাতন পিক্লিব মচাবু

নাওকোন্দুন তাইবংগি কুম্মৈবু মপুং ফাহনগে খনবদি খোংতেকপন বারুনি মহাদেব দর্শন তৌজনিংই খনবগুমমে। সনাকৈথেন হায়রিব লমদম অসিদ কেশোগুম নৌন মখোইনৌ কাইনরবী কনাগুম্বী চীংমুরা অমা লৈরমই। লাইবক থিরবী চীংমুরা মহাকস্মু অহোব পূন্সিগি খোংচত্ত সংসারগি জিন্নাসি ফোংব য়াদ্রব ফজরব পাখোংগুম নিংথুন ফোংগে লাক্করুদ্রবী লাইবক থিবানি। মীমুংশিতন খনলব, প্রেমাগ শাইওন্নি হায়ব য়াই। মীগি অন্নাববু উরগ খাংঙমদন মৈচাকহোব, মীগি মুঙাইবদ নোকামিন্নব অতুগুম্বী মুরানি। ময়ামগি মফমদ চীংমুরগি খং-নরব গুন মতেক খর অসিন উংলি। অরোনব মাগি মীমুংশিগি অফ লৌনমু মাগি পুন্সিন উংলি। নৌন মপুরোইব কাইনরবী চীংমুংরা অসিবু লাইবক্ক গুমথোকউ তমহনর নত্রগ মুনিতাগি থন্নায়ন কেশোগি অন্নাববু উবদগি নিংঙমদথুন মালেমদ খোং-দোইরকপনিবু হায়দসর, কেশোগি মশাইগোন্দ চাক্ক থেৎচগে হায়থুন অহনগী পুক্কিং হংলুবদ মীমুংশি চাওরবী চীংমুংরাগি পলেমন হরাও হরাও লাম্হোরক্লে। কেশোগি তালোইশিংদ চন্দুন তাইবং অনিমক মুঙাইন পানমিন্নররে। মতম খর হরাওন পুন্সি লেনমিন্নরে। মতমপুম্বদ কেশোন চীংমুরাগি মফমদ মপারি শরৎরাজবু নিংথিন য়োক্কদবনি নচা নত্তে খনগমু হায়থুন শিন্নৈ। "তাইবং শেম্ব মপুগি খোঙচত্ত নং ঐ পুন্সি লৈপুন ওইয়ু তমক্লবনি, নংগিস্মু ঐগিনি ঐগিস্মু নংগিনি। মমা মশক খং-হৌদ্রবনি নংবু মমানি খলহনগদবনি নংনস্মু মমানি খল্লু।"

মথংলেনগি ৱাহৈ তারগ চীংন্থুরান হায়রকখি "ইবুংঙোগি চিংনবহু থাদোকপিয়ু, নহাক্কি নিংব থুংহনজবতন নিংজব ঐগি আশানি, ঐন শরিজরিবশিনি"। ন্থুংশিরব, থাজদ্রব ৱাহৈ পরেং অসি চিংনদন কেশোগি নাপ্পদ চংখি। ৱাহৈ অদুবু তারগ চীংন্থুরাবু অচম্ব নুপী নত্রব, চাংঙ্ মাগি খোজালন ফংজরব মাগি স্থনিতাগি ন্থুংশি শাইওনল খন্দুন হরাও মথোই কাহুন অন্নাব পুন্সিবু কাওথোক্ল।

থাবুম কয়া হৌখে, কোবৌ শিংবুম কয়া চংখে। লাপথ্রব কয়াবু অস্থুম কাওখি। অনকপ কয়াবুন তগং তগং তেক্ক নিংথিন উরি। মতমগি ঈচেলন হুমদোকখ্রি চীংজাও কয়া, থক্তোকখি, পাক্লব চাওরব পাং তুরেল কয়াগি ঈশিং কয়া। ঙসি উরি লূবব তাইাখশ পাংকি মহুত্ত ৱাংলব হিমালয় চীংজাক্ত। ফজরব দ্বিপ কক্রোক্তগি মহুত্ত, শংলব পাক্লব ঈশিংগি ঈমাই। পুন্নমক মিকুপকিান। পুন্নমক ঙাইহাক্কিান। উমং কয়াস্থু সহর ওইখি, ওইরকপস্থু য়াওখিান সহর কয়াস্থু উনা-শিংনান কুপখি। অশিগুম্ব মতমগি ঈচেলন শরংরাজগি অঙাং ওইন াপিক্লিভৈগি মতমহু হুরান্দুন পুখে, মহাক পুংকক চাওরক্লে কাফৈ কাফৈ কোইচেন কোইচেন চেল্লক্লে। মতাং অসিদ লাইগ নোংদমখোন্ন চীংন্থুরা মাস্থু মমোম অমা ফংজবে। কেশো অন্নাব তাংকম্ন মাবু খর খর থাদোরকপগুম তৌহ। হরাও মিনোক নোকমিন্নহুন তাইবং পুন্সিগি মহাওবু ইনৌ নৌন নিংাশংলক্লে। অদুবু তমগি পিবা কেশো, তমগি কেশোনি হায়ঙমদ্রে। অন্নাবগি

ৱাখন্ন মাইদ মাইহিং কাহনলমলে। উমংগি উহৈ চাহুন, চীংগি ফিক্তেৎন লৈতেংগ্রে নাকন্দ তখেন থাংপাক, অমুব শেগাইন মোৎলব খুদৈ, ভবোংন তুব লৌশু ফুরিৎ, মশমদি মুমিৎ শিংবুম কয়ানি হাৎলক্তবন ইফা শ্বারে। তমগি সহরদ পোকচব হা ভাইবংও ৱাখনচাওরব, তাইবংগি ফোংভমদ্রব পাখোংগি লিল্লাবু তুকৎচন নশক শকলোন লোৎকে নিংহুন শকফম অহু লৌরি-বোইকো !

কালেনগি মুংশান য়ৈরবদ খং খং কংলব মালেম লৌবুক লৌকোনগি তেম্পাক লাড়ু কয়ান ইভাগি নোং শ্বংজবদ, কেম্লব লৈতুমহু ফোং-ফোং নিংখাইব তাইবংগি করম্ব থৌশিল্লো মপুগি শোইনাইদ্রব য়াথংল ? অল্লাবগি লম্বী কয়াদ খুদোংথিবগি ৱাখন্তন কেম্লব, কেশোগি থল্লাইন, হরাওবগি ঈথিল ফংবদ থল্লাইন হকচাংদ তোংভদ্রবোই। চীংমুরা পুকফবীগি চেংলৌ মপুংশ্বান য়েংভমদন কেশো খম্নুং শ্বল্লা তানখে। অল্লাবতন লৈখম্লরব চীংমুরা, তারক্লিব থৌদোকপ পিরাং থক-থক তান তনিক তনিক পায়ব তারব্রা ? তমগি চেক্লা মান তাইবং মীয়োন থোক্লিভৈদ মমোমবু 'চীতমসনা' হায়ন কোলোইনরমই। চীংমুরাবু চিংন য়েং, তনৌব মথুৎপ মথাম্নুংদ পশিন্দুন মপারি মমোমবু অচান মিরান নাইদন নিংথিন নাওকোল্লকউ শিন্নরমই। লাই-বক থিরবী চীংমুরাদি খাম্ব য়াদ্রব থমোয়গী মুংশি ঈহৌন ঈপান ফন পাথোরক্কুন মিৎলু অনিদগি হাইদোরক্লি। "মপোক খুদিংদ শিংভমদন লংজরব ইপাপ করম্ন শিংগনি ? হন্দক মপোক্তদি চীংমুরা

নংগি লমন শিংঙমদ্রে ঐবু ৱাবৌগমু.........।" ৱাহৈসিগ লোয়নন খজিক খজিক উইশিনখিব কেশোগি মমিংন অমুক পাংথোরকপ লৈখিদ্রে। ও! চীংমুরা ওঙ্খোক্লস্সু থিদ নংগি নরাইবক। পুন্সি তোলোইন নথংলেনগি শেবা ফংউ তম্নদ্রবোইকো!

লৈরাং লৈমন চন্দুন কেনলব লৈনাবু কান্নগদব লৈরবদি, অপাম্ব মীন খুন্দুন শিজিন্নবদ ঐদি মাবু নোক্লব ঙম্লোই।

লাইবক থিরবী চীংমুরা, মচা অনিবু য়োকপদ ৱাবন ফর-ফর হাইবে। অবেপ্প লৈতন মিংলু লাইজ থক্লেদো হা চীংমুবা! চাদবন কংশিল্লক পুক্ক য়াংগ শম্নহুন মপ্ুক পায়হুন অঙাং অনি-হুবু শেন্নন মপ্ুক প্ুনব শুজব, হুমাংনদি প্ুমচোৎ চোৎ হৈনদ্রেদ, য়েংহৈদ্রেদ।

মীরোন থিক্তং তারব শবাৎরাজবু মচনগ উখোংদ শান্নহল্লী। চীংমুরা মান কোক্ত কোকশেৎ, খ্বাংদ খ্বাংজেৎ লাক্ুন শারব মুংশালক্ত, ঙম্নব চীংমাইদ পাম য়াল্লি। মপারি মমোমবু অমুক য়েং লৈতৌকস্সু অমুক য়েং পামলৌ কন্ন য়াল্লি। মুমিদাংৱাইরম ওইরক্লবদ মুমিংন চীংয়া তমখ্বদ চীংমুরা মাস্থ মপারিবু শমদ হাপ্পগ নমদ খোনলি, মমোম্ব্ুন খাদ লৈথহুন মল্লব খাংপোক মাইকৈ পাংলকই। খাংপোক য়ৌরে অৱাৎপগি অৱাৎপমক্ত। থুম য়েংই লৈরমদে, মোরোক য়েংই য়াওরমদে। মতাংসিদ সনাকৈথেনবু অমুক নিংশিংঙি। চীংমুরা মান ফিরৈদ য়েপলকপ য়েঞ্জাং-নাপী থর পুরহুন মমশিল্লক্লব অমম্বহুদ মচা অনিবু নাকন্দ য়েপ্ুন হুকান তান্ন তফিং তফিং চেল্লক্লে। পোৎশিংহুগ শিন্নহুন

অৱাৎপশিংত্থ ফংজরে। ময়ুম মাইকৈ পাংতুন খোংথাং য়াংন থাংতুন চীংনুরা চেনলক্লে। লৈজৱ খর থাংপোক্নুংদ থোং-থাক্লে। মপাবিবু ইনবিরে, মাস্থ মবুক থন্ন চাজরে। লৈতব নুমিত্তদি চীংনুরা য়াতোন তংদবস্থ ময়াওখি। পিক্লিব মপাবিগিদি কৈদৌনুংদ ৱাৎহনদে। অস্থুম মতম খর খাংপোক্নুংদ নুরা পুন্সি লেল্লে। নুংঙাইব চহিদি কালেনগি অহিংগুম তেনখি। অৱাব পুন্সিগি মিকুপ্তু খুগ অমগুম শাংখ্রে। হঞ্জিন হঞ্জিন নৈবরবোই নিংখ্রে!

মমোমগি অৱাব উবদ চাংনুরাগি পালেমন মচাবু পন্থৌ শাইগোন্দ অৱাব খর কোক্নরো হায়তুন কৌশিন্দুন খমথ্রে। মতাং অসিদগি থাংপোক মাগি মথানুংদ শান্নব লিল্লা লোইরে। লোইবী চীংমাক্নদ খাংপোক মাগি পুন্সি য়াহিপ তানখ্রে। তিংথৌ য়াংবিন মোলাং থাতুন খাংপোক মাদ মালেম লৈথোনখ্রে। অৱাবশিংগি অৱাবতবু য়েংতুন ৱান ৱান থাংলম্লবোইকো! পিক্লিব নৱা অনিগ লুথ্রা ওইরবী মমোমগবু মাগি ঈংখোলনুংদ তপথব য়ুম অমদ ৱারবস্থ ৱামিন্ন নুঙাইরবস্থ নুঙাইমিন্ন অরৈ-লৈত য়েংনহুন তাইবং শিনবু ঙাইসি হায়তুন মমা হন্নবীন মমোম্বু ইরেন কোনবিরে। অঙকপন থল্লবনি। অৱাবনি তাইবং পুন্সি অস্থুম থিজিল্লুরব মতুংদ তাইবং মীওইবদি মপুংওইন মপু শিন্থা পিতুন শিরুনব তাইবং লমলেন্দ থারকইবোই। চীংনুরাগি হন্নু-ৱবী মমান কোরৌ ময়ুম চংখ্রবদ মশু শরৎপু কৌশিন্দুন লৌশিং চাওখৎনব ৱারি কয়া লিবিরমই। অঙাংগি নুংশিব মতৌনে, মচান তোইনগ মেনবনে, মপা মমা খংহৌদ্রব অঙাংনিকো মসি

পুন্নমকসি খল্লুবদ মবোক্ন শরংপু খোইবোক্ন মুংশিন. তৌই। চৌংমুরাগি থবক ইনখাংদসু অয়েংপ খর থৈহুন শিস্থা নিংথিন পাংথোকপ ওয়রি। মবোক্ন লিখিব ফুঙ্গা ব্বারি "ক.ই কৈইওব" "চৌংলাই ব্বারি," "চৌং-তমগি ঈচেল ব্বারি" কয়া, পিক্লিব শরৎন কাওথিদে মুন্ন মুন্ন তাখি। চৌং-তমগি ইচেল ব্বারিদ মবোক্ন তমগি মীগ চৌংমীগ লৈনব মরি লৌবিরগ শরৎন তমগি মীবু মুংশিবগি ঈথিল অমা তোইন ফাওখি। পিক্লিব অঙাংহুন ব্বারি তান তান মবোক্ত হংখি "ইবোক তম্পাক্কি মখোই মৈতৈসু অসিগুম্ব ব্বারি অসি তারমগত্র তারবদি মখোইবু ঐখোইন মুংশিবৎম মখোইনসু ঐখোইব মুংশিব ফাওরমগত্র ?" মবোক্ন খুমখি "ঐখোইন খংব ওম্ব নত্তে হয়েং নংন চাওরব তুংদ চৌং-তম অনিগি ঈচেলবু তৎহনদন ইনৌ নৌন থম্ব ওম্বু য়েংউ। মখোইদ ব্বারি অসি লিবিয়ু। ব্বারি অসি নহাক কাওগনুকো।" অসুম্ন কোরৌ শিংবুম খুদিংদ শরৎন মবোক্ন, মুমিদাংগ চরা মমাংদ ব্বারি শামিন্নৈ। পিক্লিব শরৎন, শোঙ্গিল্লক্ন মবোক্কি মুংশিবগি ঈচেলন হেনখিহুন, অহিং তাংলোদ কনা খংদন কপথিবসু কোঙ্গাইনি অহিং অয়াম্ব মবোক্ন তুমিন্নৈ। শরৎন অসুম অসুম চাওখৎলক-পগ লোইন লোইনন মীপুম খুদিংবু, মরু ওইন তমগি মীবু মুংশিবগী ব্বাখনসু চাওখৎলকই। মবোকপু মুংশিবসু লেনগৎলকখি।

লেপ্তুন চৎলিব মতমগি খোংচত্ত কনানসু লেপ্তুন লৈখোকপদ, মাংহন্দব ওমদে। অহুগ মতমনসু কনাবু ভাইরমদন কনাবু হৌরমদন লমথুং য়ৌনব চেম্থখি সরৎরাঙ্গগি পুন্সিসু লেপ্তুন হেম্বরক্নি। চহি অহুম শুরব মাগি পুন্সিগি তাকক্নি।

মমান্নবগ শান্নমিন্নব ঙম্লক্লে কনাদস্থু য়েৎত্রে। মমান থবক ইনথাং নোম্লিঙৈদ মচন চীতমসনাগ শান্নমিন্নৈ। চীতমসনান মমা উদহুন কপ্লক্লবদি শরৎরাজগি মখুং মচাহুন মচনগি মনমদ, সুর চাত্রিব খোঙ্গেলদ তোকও তোকও হায়দুন পোপ পোপ থারি, অসিগুম্ব মতৌ উরগ চীংমুরান মথংলেনদু নিংশিংই। মাগি অরোইব ৱাহৈন মঙোন্দ শিন্নরম্ব "নপারি নমোম্বু মপা লৈত্রেব মচানি থংহনগদবুকো। মীথা পোন্ন পিদোনহনগম্ব! কনানম্ব লাকচ খুদুম চলহনগদবুকো। চীংমুরা নংন অসেংব চীংমুরা অমা ওইরবদি নচা অনিসে অচান মীরান নাইদন য়োক্কুন, পুন্সি তোল্লোম্ন পান্দুন নচাগি মপান চারকউ।" ৱাহৈ পুন্নমক অমুক ইনৌ নৌন তারকখি। কাওডমদ কাওডমদ মাংখি, পিক্লিবী মমোম্ব নাওথেম্বদ! মমোম্ব অমুক থেংজ মপারিবুম্ব শেংজ য়ুমগি থংবম্ব মহোংনৈ। ঙাইহাক্ত শংজদ্রবী চীংমুরানি। মপারি শরৎরাজন মপাংলক্তগি মীথোই মীহেনব থবক তৌরকপদু উরগ হরাওজরি, মুঙাইন মোমোন নোকচরি। তমগি চেক্লাচা ওইদুন শাগেগি লারব ঈরিন তোংশা থুংন চেনবন তাইবং খুদম পিরবম্ব, লোইবী চীংলোন লান্দুন চীংদশাইদাং ওইদুন চাওরকপন তাইবং লোম্বে নঙ্গে। কনানম্ব মাবু মৈতৈ মচানি থংব ঙমখিদ্রে। অখংব খুঙ্গা থরনদি মাবু তমগি মৈতৈচানি থংনৈ। অদুবু মথৌ লেপ্লব মতম নত্রগ মথৌ শুনিংদ্রব তাঙ্গা নত্তুন তাইবং মীওইব মীৱা ঙাংনবদি তনবোইকো!

নোংমগি মুমিদাংৱাইরমনি। শরৎরাজ মমাগিনাক্ত মমিৎ

নোইর নোইরত্থন চংশিনলক্লমই। মথাতান ব্রা অমত্ত হায়রক্কে, শুৎ শুৎ লাওন অত্থমক কপই। অসিগুম্ব থৌদোক অসি মমাংদ কৈদৌঙৈদসু উখিদ্রি। মমাল্লবগ খৎন চৈনবদ পেদৎনব শরৎসু নত্তে। করিদৌঙৈদসু মান অম্লম্ন পুক্লিং মুংশিন কপখিদ্রি। মীগি অল্লাবদ খমথেংন ব্রাবিব ঙম্বী চীংনুরাগি মফমদ থৌদোক অত্থ থমোয় পুব ঙমদন ব্রাখি। মথংলেনগি মফমদ মান শরিখিবত্থ ঙসি লায়ন কায়ব তারত্র হায়ত্থন চিংনখি। মচাগি মনাক্ত চংশিল্লক্তুন হংলকই "করি ত্তৌরবগে ইমাগি নিংথেম? ইচাদি নোংমত মনম লৈবাক তাদবনি। কনান করি হায়রক্তন, ইচাবু লাকচ খুত্থম চনলকই? শেংন হায়য়ু ইমান মতিক থোকপ ইচাগি লমন শিংগদৌবনি।" অসি হায়রত্থন মচাবু নাকল্দ পমখৎল্লে। তারক্লিব পিরাংবু তৈথোকপিরে। গর্ভ পুত্থন নাওপোক্কে হায়বত্থ মঙাই, মমা অমন মচাবু লুন ত্তৌব অত্থমক মশিং ব্রাত্তন চীংনুব্রাদ ভুংত্থন লৈ। নব্রা অপিশক ওইরিঙৈদগি মাগি মনমদ চাওরক্লবনি, মথাদ হিংলক্লবনি। শরৎরাজবু মমাল্লবগি মীকোক থোংব ঙল্লবনি হায়ত্থনসু মমাগি মফমদদি পিক্লিব অঙাংনি। মিৎন মুম্ন য়েংবফাওব ভুমখিনি খঞ্জরিব অঙাংনি। শরৎকি থমোয় ঈফুম্ন হৌরকপ প্রেমগি ঈচেল, মমাগি মুংশি ব্রাহৈন থিংখিত্থন মৌখৎলকপগুম মিৎলু অনিদ তরং লাইজ্ঞ অরৎপ লৈতন পাথোক্ল শিম্বরকই। মথোল থোক্ল কপ্লত্থন মমাদ চেজ্জৎ কোনশিল্লি। মমান মচাবু তম্পাক্ত লৈথরত্থন মপি তৈথোকপিরি অত্থগ কপ্লগমু থেল্লি "কৈদৌরবগে নিংথেম? কপ্লগমুনে চাওদ্রিব।" শরৎরাজন পেহৌ

পেহৌ মপাগি পরিচয় হংলমই "ইমা মীন মপা মমা মশক খংদব মচানি, ঐগী ইপাহু চীংমী নত্তে হায়নে, ইমা ইপাহুবু কদাইদ লৈথিবগে চীংমীর মৈতৈর ? অহুগ ইমা মখোয়ন হায় ... ... ... ...।" মচাগি থমোয়শোকপ ৱাহং তাবদ চীংমুরাদো খাংকম খংদ্রে। অশেংব ৱাফম হায়দোক্লছুন অসেংব পাওখুম পিরশি হায়র মপাগি নিংব থুগাইব ওইন থোক্লগনি। খনলুবদ মমই। ঙাইহাক মঙ অমদ তাওই। ঙসিকাওবদ মাবু পোক্তবীনি খংহনখিদ্রি। অপোকপগ চপ মান্নন হোৎনজরকপনি। অহুবু মীনোক চাওব তাইবংন মীনোক চংলক্লে। থমোয়দ তুমিন্ন ৱারৌরে। মচাদ অমূক হংই "হায়য়ু মখোইন করি হায়রকপগে ?" "নংসে ইমা, ঐগি ইমা নত্তেফাওব হায়রকই হায়য়ু ইমা অচুম্বর ?" অসি হায়ছুন মমাগি থবাক্ত উপশিন্দুন হিক হিক কপ্প কপ্প শুরু শুরু নৈরক্লে। মপুরোইবগি মুংশি মৈচাক্তন কাপ্পব থমোয়ন মচাগি য়াইফত্তবু পামপ্রবী চাংমুরানী। খুম্ফম খংদব পাওখুমছু খুমদবম্মু য়ারক্তে। অসেংব খুম্ন রগন মপুরোইবগি নিংখিব অশা মাংখিব তারব ! অমরোমদন মচান পাওখুমগিদমক ৱাহং কয়া কয়া হংজিনলক্লি। মথং মথং তকসিনলক্লি। থমোয় লকাম্নুংদগি চেম্থোরকপ তরংগি ঈফাংন মমায় পুমচোৎ চোৎলে। মিৎলু নাপোম ঈথুম্নপ্রে। মচাগি মনমথক্ত পোপ পোপ, তপ তপ অতৎপ লৈতন তারি। মচাগি তকশিনলকপন খাংবম্মু ঙমদ্রে। মমিত্তগি পিরাং তৈথোক্লে। হিক্লব খোঞ্জেলন হায়রকই "ঐন পোকচব ইচামক্লি, নংবু মৈতৈ মচা কমদৌন ওইগদৌরিবনো ?

মৈত্তৈ মচা নত্তে। নংবু পোকপ পম্হৌদি নংন তাইবং মীরোল তাঙৈদগি, তাইবং শক্তম লাকপদি ঙমদ্রিঙৈ মতমদ লোইবী চীং-লোন পনলোন কয়া লান্দুন থুল্লানব চংখি ঐহাক্তি নচনগি তাইবংফাওবকুম ওইরক্তুন মতম খর লৈহৌগে হায়রদুন লৈহৌবনি, নপা লৈরিদো তাইবংদ। নংগি মীথোই মাহেন পাঙ্গলবু, কলক চাওব কয়ান মিহৌদুন হায়রিবনি। পঙগম্লুনে ইমাগি নিংথেম। নংন হয়েং চাওরগ, চাওর য়াংদোই কারগ, নপাগি খোঙ্গুল লিয়ু। ইচাগি অশান থুঙ্কৎলব ঐনি। নংতাগ য়াইফবন ইমাগি ব্লাশক ঙাকপান।" ব্লাহৈশিগ লোইনন, খামঙমদ্রব পিরাংদো তত্তন তৈথোক্লি। মচাগি মনমগন্দস্থু শিং-শিং নাম্থুবিরি। মথংলেনগি শেবা মতোন লোমখিদ্রব স্থুনিতাগ খরাঙমক চোংশিনহৌরবগুম, কেশোগ নিংব থুংলগ মাগি অক্ষবনি খঞ্জরবা চীংম্থুরা, পোকপদগি মীনম্ব হৈত্রবীনি। অদুবু মপুরোইবাগ নিংব খরমথৈতং থুংলবদি, ম্থুরা পুন্স মহে য়ানবনি খঞ্জরদুন, ঙাস পিাক্লব মচাগি মফমদ চাওরব লৌনম অমবু অচুম্ব শান ঙাংগ্রে। লৌনম অদুমক নত্রবাদ পিক্লব ব্লাকমদাগ মপুরোইবগি নিংব কায়ব তারবনি। মপুরোইববু নিংজবন পুন্সিগি থাঙমদ লম্বীনি খনগ্রবী, আঃ চীংম্থুরা অঙকপ নংগি অচোব নগুম্লি, অফব থোশিন্নি!

হেন্ন কান্নগদোব উরবদি, লৌনম্ববু হুরানবাগ পাপ পিজব ঐদি ঙমজরোই। তোবতদি লৌনমম্ব শুকপাম পামজদ্রবী ঐগি চীংম্থুরাদি মাগি লৌনম্বু তুংশাংনহল্লুগদ্রদো!

নোংম নোংমগি চাওখৎলকপ, নৌরিব খুদিংদ শিন্নরক্লব

প্রকিজিগি খুদোল্লি। অতিয়াগি মুমিৎকি খোঃচৎক খোংমান্নন, শরৎরাজগি পুন্সি ঈচেলস্থু অথিংব লৈতন চেস্থিল্লি; থিংঙপ্রব মতমগি খোংবালহুংদ। নোংম নোংমগি চাওখৎলক্লে। কাংহু পায়হুন মমান্নব তেমশিংনরক্লে। চৌঃদ মদোম কাহুন, মমাগি মতেং পাংখে । অহুবু পিল্লি। মাতবু মীরোল লৈতবদগি শিস্থা কোকনন্নখিবনি, হৌমিন্নব কয়াদি অয়ুক চারা ন্নান্দুন, নিঙাই নাওথি শানরি। অহুবু শরৎরাজদি মকোক্ত পোৎলুম অচৌব হাপ্তুন, মখোং মচাহু থাংব ঙম্বগুম ঙমদবগুম শ্রোং শ্রোং চিংহুন, থেকৌ থেকৌ চৎলি। মমাগি মতুং ইল্লি।

বসন্তগি মুংশিরব তেলহন্নি'দ্রব ঋতুনি। উ-ন্না খুদিংমক অনৌব য়েনিং হুল্লে লাইর অনং খুদিংগ থমোয় ইথিল য়াকাইরে। নোঙ্জু খিকলেন খিক্তুন অনেম অন্নাং লৈতেমখে। লৈচু -শক্ত হেল্লবী, লৈনা য়েংই পুক্লিং হুরবী, ফজবস্থু ন্নাত্রবী, পুন্সি য়েন্দা অঙনবদ মুরা খুদোনগুম তনৌবী, লৈরাং লৈশাৎ তম্নবস্থু মকাফন্ন শাৎচবী, মুরা-পাখং থেম্নলে, লাইর চাকলেন চংনলে, য়াইপন কৌবী নিংথিজবা, লোইবা চাংমাইদ হরাওজবী, লৈরাং মাগি ফজবতন বসন্তবুস্থু খোগৎহনলি। অনৌব য়েনিংগি মরক্ত লৈরাং লৈচুন লৈখেংনবদি থমোয় ইন্নাং হৌইদ। চান্ন পোম্বী নিংশিংন, পুক্লিং পিনৌ শৈহেক্লে, হাওকাব হাওকাবীলক্ত অশৈব অশৈবী কয়ান। ফজব মতৌলক্ত অশোংব হাবুংলক্তগি, চেক্লা উরেনবী মতৈ মনাওন পুন্সি ইশৈ শক্লি। অঙকপ চেক্লাগি শক্তনি, তাইবং মীরোল তমহুন তাইবংদ পাওতাক পিবগুম

খোংলি "মীগি পোৎ পিথোকউ ... ..., মীগি পোৎ পিথোকউ ......।" অমন খুম্নি "পিখিদ্রে...... পিখিদ্রে...... পিখিদ্রে... ।" খোঞ্জেল অসিবু তাক্লরগ খল্লকই পুক্লিংদ মওল মওল। তাইবং মীওই শুন্সিন, শিবগি পস্থ্ং ঙাইবদ, মপুগি থৌদাং অচৌব পাংথোক্‌প ঙমদ্রব কয়াদি, মপুগি লমন তোল্লবনি; অতুগুম্ব মীওইবন, খংন খংন তাইবং মপুবু কাওথোকই। মরম-সিমক্ল মাগি লমনশিংবগি, মশক ওইনিংঙাই ওইরব পোৎ অতুবু পিরম্ব ঙমদ্রে! খল্লুবদ মমনিংঙাইনি, মখোল থোক্তুন খুদোম্বীন তাকখিব লমদমগি পস্থ্ং, সিদর নক্সগ আদর? মাইকৈ খুদিংদ অশংব উনাগি মচুন লৈতেংগ্রব মরক্ত, ফজরব পুক্লিং হুনিংঙাই ওইগ্রব লৈপালগি লৈরাং লৈচু। য়েংলু য়েংলুবদ পেল্লিংঙাইনি, মিৎফম হোংব য়াদ্রব, প্রকিতিগি কুমগি খুদোল। নোংদোল লিক্লান উনা-ব্লানা, উতোন-ব্লাতোন খুদিংদ মুক্তাগুম ইরং লংন কয়াগি মতিক খৌগৎলিব! মসি পুম্নমকপু য়েংদন তুমিন্ন চিন্তা তৌদুন কমগদব, পাপচেল্লব কানানো, হে তাইবং? ঙল্লিব অয়ুক্কি অঙনব য়েন্দাগি মতমদ, চীংগি লোক্ল্ং মাম্নুংদগি তম্পাক তম্ন চেম্বরক্লিব অপিকপ ঈচেলন শক্লকপ, অশোংব নারক্তগি হরি চেক্লান ঙংলকপ মপুগি পাওজেল, তারি নাকোংন 'ত্রোং -ত্রোং,' 'নিং-নিং'। কৌরি নংবু তত্তন 'থোরক্লো, য়েংলরো, তারক্লরো।' ঈনা ফৌনা অমদি নাপি শিংনাংলক্তগি থোরকপ কৌজেং হারৌগি শৈহেক্ল, চেক্লাগি কাইন খোম্থাংদ শৈথুম শৈ-দম্বগুমম্থ তারি নাপন। করি পাওতাক পিরি তাইবংদ, খংদবন

কোঙ্গায়নি। মতুতন মপুগি লমন শিংবস্থু ওয়ন্ত্রি। মালেম বসন্তগি তম্পাকসে অঙকপ কুম্মশিংগি তুংনকম ওইরে। মতমগি তম্পাক্ত, কুপ্পব লৌনম্ম, সংসারদ এাগ মীগি নাইরি; অদুবু পায়খো য়াদে, পুখো তাদে, ময়ুম লমদমদ হনখিবদ, হে তাইবং পুন্সি?

শরৎকি অঙনব পুন্সিগি বসন্তদস্থু, কুম্মে কয়াগি তুংনকম্নি; সনাকৈথেন খুনসিগি কাওরেন যনঙ্গাওসিংছু, লৌমাগি অচিনধা ওইরবহুদ ফোনা ফৌদোন চাগনি থাদোক্লরগুএসি, লাওথোক-খিঙেদগি, পাল্লি শেমহুন কাওরেন যনশেন্নরমই। খুঙ্গাগি ওইন তানখিব ব্লারেপ অমস্থু নৈ "করিগুম্ব যমোক অমন কনাগুম্বগি মাংননব তৌরম্নবদি অসেনব মীগি দায়ীনি, লুপা ৫০/ কোঙ্গনি, অদুগ শাঙ্গে মঙাবুস্থ তুম্লনব যুগদবনি" হস্নম্ন নেপ্পখি। ব্লাবেপ অসি চুম্ন চেকসিন্ননবগিদমক হায়নখিবগুম্বনি। মসি লোই-দাম থাবুম কায়ান ননখিবগ, অদুগ কনা অমত্তগি যনশেল পাল্লি-দস্থু থোকখিদবন কাওবু কাওনখে।

নোংমগি হুমিদাং চারা তমগ্রিঙৈদ, চৌংহুরানে মমানে পুন্দুন শরৎপু শিস্থা অমা পিননবগি থন্নরমই। চৌংহুরাগি মমান মচাদ মশু শরৎপু, মমাগি মতুং ইনবদগি খুনগি যনশিংছু শেলহনবন অঙাংগি মশা কোম্ব হেনগনি অদুন খুনাগ যনশিংছু শেলহনসি। হায়রমই চৌংহুরাস্থু মতুন থর শাফগদব ওইরবদি হায়দুন, মচাগিদমক ব্লাজরবী ওইবন য়ানিংলমই। কাওরেন যনসেনদি উকমদ থর ফমদুন অব্লাব পোৎ-থাবগি খুদোং নিংথিন ফংগনি থন্দুন "হোয়" হায়খে। অদুবু মচাগি মত অমত্তং হংনিংলদুন য়ুমলোম্নবদ শাম্নব চৎখিব মপারিবু কোরদুন

হংলম্মী। শরৎনস্থ মমাগি থৌশিন্দু অফবনি খন্ন য়ারম্মী। মগুন হরাও হরাও য়ারব অদুদ, মবোক্ক খুনগি অহনশিংদ পাও খংহনখ্রে। খুপ্পা তিন্নদুন শরৎপু মথংগি অয়ুক্কগি যন শেলহ-ল্লসি, পাল্লি পুনব অদু তোক্লসি হায়ব য়ানরে। মী খুদিংনস্থ পাল্লি পুদুন যন শেনবদু হান্নদগি পান্নরমদ্রবগুম তৌরমই। হৌঙ্কিক শরৎরাজন যন শেনব তরে। য়ুমথোং খুদিংদ, পাও অসি পাত্তথাং ওইন মথং মথং খংহন্নখ্রে। পীক্লিব শরৎতি ব্লাগদৌব অদুগি খোইদোক্ক খল্লুদে, অনৌব থৌদাং অহুতন্নু শকখংননিংবন থোইদোক্কদুম খোইরাংলমই। অঙাং ওইরিব মহাক্কদি অনৌববু পামজন নিংলি। অদুবু মাতগি মুংশিবন ঙাওরব চীংমুরাদি থমোয় পুব ঙমদ্রমাল্লে। থমোয় লকান্নদগি পাথোরকপ মুংশি ঈচেলন মীৎলু লাইজ ওইদুন, মিৎলু অনিমক তরংগি ঈফুং ওইররি। তুমিন্ন পিরাং তৈথোকচৈ, লোন্ন শুং শুং কপচৈ। অঙকপনি নংগুম্বী চীংমুরা, নংগি যিদম লৌবতন মুপীওইবী মপোক্কি শ্বর্গ কানিংঙাইনি।

মথংগি অয়ুক্কি। শরৎরাজ যন শেনব চৎখ্রে। কোম্মোং খুদিংদ লেপ্পুন 'যন থাদোরকউ' হায়রুরে। মাংদ যন পুন্নমক হোইরদুন যনশেনবুং তান্ন চৎখে। মীরোল থোক্কুব যনবু মাগি চৈরাক মথাদ থম্নব হোৎনবদ য়ান্ন ব্লাখে। ব্লান ব্লান শেল্লে। মশা পুম্বদি হুমাংন পুমচোং চোংলি। কুছাশিস্থুংন কাহৎলি, মুংশাগি মৈশাতন। মুমিদাংব্লাইরম য়ৌরক্লবদ যন পুন্ন-মক হোইগৎলক্লে। ময়ুম খুদিংদ থাজিনবিরম্লে। মহাকম্মু য়ুমদ

লাক্লে। মপাবু মুংশিবদগি মপাগি য়াথং লৈতাহন্লিংদবন মচাগি-দমক খল্লবী চীংঙ্গুরা, মচা লাকপ মতম ওইরহুন খুনিং মোদোন কাংন, খরাই থোঙ্গালদ লেপ্লহুন মচাবু তরাম তরাম ওক্লমই। ময়ুম য়োৌরবদ মমান শরৎপু মখোং মখুৎ হামদোক্লুন তনান তনান থম্মিরে। মবোক্ল ইমুংদ চংলক্লুন, মশুগি নাক্ত ফম্লরে অহুগ শরংত হংলমই "কনদোই, ব্লাব্রনে নবু?" অঙাংগি চপচাব পাওখুমদ শবংন খুম্লকই "ব্লাইবো অবোক, হয়েংদগি মী অমগ চৎমিন্নগে, ইমান্নব অমত্ত থিবিয়ুব।" মমাস্থু মবোকস্থু ব্লারমগনি খংদব নত্তে, অহুবু করমদি তৌহৌনি। মবোক্ল ".হায়, হোয় হয়েংদগি য়াওহনসি, ইবোক্ল মী নেক্কনি" হায়রমই, অহুগ চীংঙ্গুরাদ ওনশিন লহুন মখাশমথরকই "হায় ইবেম্ম! নচাগি ব্ল াশ তারব্রা? কনানো অমত্ত হায়রুশোদন।" ".হায়" হোয়হুন চীংঙ্গুরা মা থিরুনবগি-দমক ইমুংদগি মপাল থোরক্লে। মমলি মনাল মমশিল্লরুব মতননি। মহাক্ল মপান হেক থোরকপমত্তদ, খুনগি মুপী অমা মঙ্গোলন্দ থেংনরে। মহাক্ল হায়রমই "কদাইদনো ইবেম্ম? অমুক্ত চংলকখো ব্লা অমত্ত ঙাংনসি ইচিল ইনাও।" "করি ওইরবনো ইচেম?" অসি হায়হুন চীংঙ্গুরা ইমুংদ চংলক্লে। মুপীহুন মখা তারকই "ঙসি ইচেম্ম নঙোন্দ হায়গদৌরিবসে, ঐস্থু উপায় লৈতহন থরক্লিবনি, নঙোন্দ য়েৎলগব্রা?" চীংঙ্গুরান "কার ওইরবনোনে ইচেম্ম?" "য়েংঙোই ইবেম্ম, শরংকি ষন শেনবহু ঐখোইগি অঙাং অহুস্থু য়াওহনগে হায়বনি কয়া কমদৌনরিবনো? অনি শুরবদি কোম্ব খরস্থু মহেনগনি।" ব্লা অহু তাবদ চীংঙ্গুরা, মাঙখুব

পোত্ত খুদি থিজিনবগুম, অপাম্ব পোৎ নিংবগ ফংবগুমখে, "হোয় ইচেম য়াওহনসি, থাদ লুপা হুম্ফু হুম্ফু অন্নামন পিগনি, হায়বনি মখোই অনি তংখাই হেক য়েন্নহনসি।" হায়রমই অমস্থু অমস্থু নিংব থুংনবগি হরাওনরে। নিংব থুংলব অতুদ মুপী অতুস্থু চৎখে।

মথংগি মুমিত্তুগিদি শরৎনে মাগি মরুপ শোরমীনে অনি পুন্ন যনশেমিন্নরে। শরৎরাজস্থু অন্নাব ময়েং তারে। অস্থুম্ন হুমিৎ কায়নিমুক মখোই অনি যন শেনমিন্নরে। শোরমীদি স্কুলদ মুমিৎ খর লাইরিক তম্ব কারুরব অঙাং ওইবন, পাব ইবতু য়াম্নমক নত্রবস্থু খর মখৈদি ঙমলে। শরৎতি তম্লিং তম্লিংন তম্ব ঙমদতুন তমহৌদ্রে। মমাম্নব কয়ান স্কুলকাতুন মুঙাইন মতম লেনবতু উরগ, শরৎন লাইরিক তম্বগি মিহৌব পোকখি। লাইরিক্ত মথন্নাই ওস্থোক্ল য়াওখি। চীংদগি চেনবাক মচা অমা হেক ফক্তোক্লগ উদ খোরি খোরাং খোত্তুন হেক ইশিল্লি অতুগ হংই, "শোরমী মসিদ ইরিব ময়েকসি করিনো নং খংজব্রা?" ময়েক্তি নত্তবনিন শোরমীন "খংদে" খুমই। নোংমস্থু অশুম্ন হেক ই অতুগ অতুমক হংই। অতুবু মহাক্ল অতুক য়াম্ন ইজবতু লাইরিক ময়েক অমত্ত য়াওত্রমাল্লে 'খংদে' হায়ব পাওখুমসি নত্তন অতৈ তাখিদ্রে। নোংমদি শরৎরাজন মচিম্ন থোক্ল শোরমীদ হায়খি "মরুপ শোরমী য়াম্নমক নত্রবস্থু, নংন হৈরিকাওবতুতদি ঐস্থু খর হৈনিংই। ঐবু লাইরিক খর খর তাকপিয়ুব, ঐখোইনিন যন শেনব মতমসিদ।" শোরমীন খুমই "ঐখোইনিন লাইরিক পারিভৈদ যন হেন্দোকপ্রবদি কমদৌনি? "মতুগি ন্নাদি নংন লাইরিকপু

তাকপিগনিবু হায়রবদি ঐ হোৎনজরগে নংদি অচুমক ফমচুন লৈথোকউ ঐ কবিস্ন হায়রোই।" পিক্লিব শরৎকি রাখন্দ, তানশিন্নিংবগি আসগুম্ব রাখনাসন, মতম কুইনদগি ফোংদোক্তুন ওম্লক্লবনি। শোরমীস্নু য়ারচুন মুতিগি লাইরিক পুরক্ননা পামিন্নবন শরৎরাজস্নু ময়েক খর খর চৎলক্লে। মহাক হরাও পান্দোল লোমজরে। থব্লাই য়াওব ওইবন, কন্না খংনব হোৎনচুন ক্ষন য়াম্ন হৈরে। অঙ্কন্দি করি অমূক হায়গনি? নিয়ম অমা খংলগ মান্নবখিবিক্তি পাওখোং কোওম্বন, মাবু তাকপিরিব শোরমীদগি হেন্ন হৈখ্রে। সাহিত্য পাবদদি খর মুঙাইত্রি। মো মস্নু মহাক্ন হায়খি "শোরমী নংসে ঐগি থব্লাইনি, ঐগি অহোব গুরু অমনি। নং লৈত্রবদি, ঐ থব্লাই য়াওদ্রবগুম্ব মী অমনি। ঐ ডাক্তর তমগনি। ঐন ডাক্তর ওইরগ, নংন মশা যন্ত্রদন তক্তুন নবদো ঐন থব্লাই থারক্ষাওব নংগিদমক্ত যনব হোৎনগনি, নংগিদমক্ত হোৎনবদ ঐগি অব্বাব লৈরোই। নংগি লমনসে নোংমতংদি শিংব ওম্ব ওইজগেকো।" অস্নুম্ন পিক্লিব শরৎকি মচিন্দগি অঙকপ রাহৈ কয়া কয়া থোরকখি। করিগুম্ব অমত্তং লৈবদ শোরমীগি শরুক হান্ন তন্মি। মমঙদফাও শোরমীগ লোইনন, অঙকপ, মুঙাইব অমস্নুং অব্বাবগি ওইব থবক কয়া তৌই মহবু শোরমীদ অমুক্তং তমদনস্নু তোক্লে। মুংশিব, কলকপ, চেংথিনব কয়ান থল্লব সংসারন, মু শিবন খোংজোম ওইথ্রব শরৎ, মুংশিববু মীরাইব তৌত্রে।

নোংমগি মুমিৎনি। চীংমুরা খোমলেন মঙলান মুঙাইরমদে, করি থোক্লগব, অমুকস্নু অস্নুম্ন মঙখি অচুগ মপাগি লাইরৈপাক

তানব মুমিৎ ওইখি। শরৎমু মপাগি মতুং ইনখিগদ্রা, মপান শিন্নরম্ব য়াথং লৈখা তারগদ্রা? অমুম খন্দুন মুংঙাইতবগি চিন্তা পোৎহাপ্লদুন মাঙ্গোল উখোকতেন্দ ঙাদুন লৈরমই। খল্লুব ৱাখল ইচিং চিংনরে। মুমিৎ অদুগি তাঙ্গা অদুমক্তদ শোরমীগি মমা লাক্লুন শোরমীদু কন্ন নারে, মুমিৎ অদুমদি মহাক যনশেনব চৎপ ঙম্মরোই লেপহল্লগে হায়ররে। শরৎন চেন্থোরক্লুন হায়রকই "কয়াম কন্ন নাবগে ইমা? মহাক য়াওনবগিদি য়াওদসনু কৈদৌ-বগে, ঐনা অমুম হোৎনরগ লোইরে।" শোরমীগ মমাদু শরৎকি ৱাঙাং তাবদ পুমপেল পেল্লমই। পেন্নববু তৌবিরবদি মীওইবদি 'ফরে' হায়ব হৌনশানি। মুংশিব পোক্লঙাইনি! শোরমীগি মমান শরৎত হায়রকই "মুংশিদ পিল্লিব নৱা! ইচাগিদমক ঙসিদি ইমান চয়োম তমগনি, নংন চৎলমদাইদ চংলকউ।" শোরমীগি মমাদু অসি হায়রম্লগা ময়ুমদ হনখ্রে। চাংনুরাদি মুংবংনহৌরে। শরৎবক্তু মদোম থাদোকপ পামদ্রে। মতোমত থাদো-ক্লগ মপুরাইবন শিন্নবম্ব য়াথং লৈখা তাখিগদ্রা চিংনখিবন ৱা ঙাংফমফাওব খংখিদ্রে, মথংদ উপাই অমা খল্লে, মচন মুপী চৌতমসনাস্থু ফন চাওজরব মুপী মচা অমনি। খিক্তং মতেংবু ওইরবদি খন্দুন মখোই অমন চৎহল্লগে লেপখ্রে। মও মুঙাইতে, ফত্তববু কি হায়দুন চাওরব থৌদাং অদুবু হিক্তোকপ য়াবম্ব নত্রে। মীঙোন্দ নেকখোকসি হায়র মচাব থুদোংথিফমদগি শত্তোক্লগ মীচাবু করম থাসিগে, মুরা পাইমন্নুংদ মখঞ্জে। নোং-দমখোন চাংয়েংলগে খন্দুন মখোই অনিবু থাব তারে। মচাবু

কৌশিল্লহৃন হায়রকই "ভসিদি ইমাগি মঙ মুঙাইতে নখোইনি চৎমিন্নরো। লাপ্ল চৎথোক্লম্নু। নচিন-নৌপ্‌া থাদোক্লম্নুকো।" অম্নম্ন পাওতাক পিরব মতুংদ মচা অনিবু ষন শেল্লুনবগি থাদোরক্লে। শরৎ, শোরমীগি মমান লাও হায়রম্বগি তূংলিহ্নন, শোরমীস্নু উননিংবন, শোরমীখোইয়ুমদ মচনগ লোইনন চৎঞ্জ। ময়ুম হেক য়োরকপমক্তদ শোরমীগি মমান চংলকউ লাও হায়-হৃন মখোই অনিবু কৌশিনখি। শোরমীগি মনাক্ত শরৎরাজ চংঞ্জে। চীতমসনাদি য়ুমহৃগি মঙ্গোলগি ফক্লাংদ থেৎলিব শা কয়াগি মকোকশিংহু মথং মথং য়েংহৃন লৈহোরে। শোরমীগি মনাক্ত ফাহুন শরৎতি ল্লারি শাংদাইনরমই "মরুপ শোরমী নাব ফরো, নংন নাব ফরগ চীংদ কাহৃন হৈরাং হেক্তুন চামিন্নখিশি। লৈরাং হেক্তুন ইমাগি পুবিরকখিশি। ঐন ডাক্তর ওইরগ নংগি অনাব শোইদন ফহনগনি। অচৌব নংগ পুন্সিগি খুদোনবুস্নু তমগনিকো।" শোরমীন "শরৎ নংন হৈরাং থেংনরবদি ঐগিস্নু পুবিরকউকো, নাব ফরগ চাননব থনগে" হায়রকই। শরৎন খুমই "পুরক্তনি শোইদন, নাব ফরো... .. ।" মতাংহৃদ শোরমীগি মমান করিগুম্ব খর পায়হৃন শরৎকি অমদি মচাগি মনাক্ত চংলক্লে। চীতমসনাদি শোরমীখোইগি ফক্লাংদ থেৎলিব লৈকাংচারব লাই, অমাদি মখল মথেল শুরব শাগি মকোকশিংহু য়েংব ল্লারহৃন শুমাংদ অমুক থোক, মাঙ্গোলদ অমুক চং তৌহৃন মবুংবু ঙাইরজরমই। শোরমীগি মমান শর ত হায়রকই "শে ইবুংঙো, হোরেল ল্লারব মতমদ উক্লমদ পোথাহৃন চাও। ইমান নংগি য়োম্বিব চায়োম্নি। পুরো।

শোরমীদি চাব বত্রে, সিদ চামিন্নখো হায়ববু।" শরৎরাজ "চৎ-লগে" হায়রন্নগ চৎখে। খুলগি যন পুন্নমক হোয়হুন যনশেনবুং তম্ন লাক্লে। মচনস্তু মাগি মতুং অহুমক ইন্নরি। অকববুদি পাম্ব তাইবংদ লাইরব মচা শরৎন ঙসি ডাক্তর ওইগনি হায়ন আশা তৌরি মসিবু ওক্টনমগনি নিংখিগত্রা? লাইরিক তম্বস্তু ঙমজত্রব মানবু অহুবু নীংবু নীংলবদি থুংই হায়বহু চুম্ব্রু য়েলসি।

যনশেনবু দ যন শেনবদ, মচনদি কারিস্তু খংত্রিবীনি হায়হুন ফমহুন লৈহল্লমই। মান কোইচেন চেন, কোইরাও লাও তৌহুন যন অমত্ত ফাদোকহল্লমদে। মরমহুন মহাক মশা য়াম্ন চোকথরক্লে। শোরমীগি মমান য়োম্বিরকপ চয়োম ফাক্তোক্তন উখোং অমদ চামিন্নরে। চাব হৌগৎলকপমত্তদ যন অমা হেন্দোকখ্রে। শরৎন তনজেন চেনখিহুন যনহুবু হোইজিনলক্লে। মচনগি মনাক্ত অমুক লাক্লে, চাক অমুক চাব হৌরে। মুংথিলগি মুংশা নেমথরকপগ লোইনন মখোইনিগি চাক চাবস্তু লোইরে। যনশেনবুংদ হৌরিব হৈরিৎ পাম্বীশিংহু অমুনব উহৈন পিক পিক থম্ন, চরোং চরোং পাল্লে। চীতনসনা চানিংবন মতিন কুং কুং য়োৎলে। মবুংদ "হেকপিয়ু" হায়জরে। শরৎন "হোয় হোয় হেকপিগে" হায়হুন অচোব হৈরিৎ পাম্বী অমদ কাখৎখে। খংহৌদন য়াক্লব উচেক্কি খোঞ্জেল অমথক, হৌরককম খংদন খোংলকখি অহুগ মাইকৈ মরিদ খজিক খজিক খোম্বাং য়ৈন লোইশিনথ্রি। খোঞ্জেল অহু ওম্মোক্ল মিপাইন তম্নথিখে। যনাশিংগু শজিক চাব ঙাইহাক লেপখি। খোঞ্জেল অহু মতুংদ অমুক হন্ন তাখিত্রে। মচন্ন

হৈরিং পাম্বী মথাদ লেপ্লগ হৈ অমুনবশিংদ খুদোননীন থিন্দুন শংত্রিক য়েংহুন "অত্থ হেকপিরকউ, ও অত্থস্থ" হায়হুন মপুক্লিংগি অপাম্ব তাক্লি। শরংন অস্থম কাখংখিহুন হৈরিং অমুনবন চয়োম সান পাল্লিব মক্কমত্থ য়ৌখে। হৈরিং হেকপ হোরে। অকংব উশা অমদ শরংন মখোং নাম্মন নেংলুবদ উশা অত্থ তেকথখে! শরংতি উশা অমদ য়ান্দুন লৈহোবে লৈখাদ তাখিদ্রে।

অত্থবু খংহৌদন মহাক্ল, মচন্না কন্না কপ্পা তারকই। থুন-য়াংন শরংরাজ কুমথরক্লে। মচন্না মমিত্ত মথুংন খুংজিন্দুন ব্লাস্থবমথৈ কপ্লি। শরং করিনো হায়বত্থ জ্ঞান তাদে। উশান পানব ওইরিদ্র হায়নদি খল্লি। মচনগি মথুংন খুমজিল্লিবত্থ লোথোক্লগ য়েই আ: ......... থমোয় শোক্ল তেথাফম খ দন ব্লাইদ! মচনগি মমিং য়েংখংবত্থ উশান পান্দুন থিন শোক্লে। পুংক ইমক কাইদ্রবস্থ শাথিন শোক্লে থোংলৈ য়াংন লোক অমদ কুমথগ্রে, ফি জেং অমা শেত্তুন ঈশিং লূপ্লগ মচনগি মমিত্তু নিংথিন চামথোকপিরে। অত্থগ ঈশিং চোংলব ফিজেং অমস্থ থোমজিনবিরে। অস্থম তৌরিবৈ মতমদ মীগি অল্লাব খ দ্রব হনশিং তদুদি বোইচং চংত্তুন লৌদ-চংলগ ফৌনা কৌদোন চাবস্থ য়াওরুরে। ময়ুমদ হনখিবস্থ য়াওখে। শরং উপাই লৈত্তন ষনশেনবুং তাম্ন অমূক চেনখংলক্লে। মচনগি মিত্তি মিকুপ খুদিংগি জর জর পোমখংলক্লি, খাঙমদন চিকখংলকপস্থ ওস্থোক্ল তমথিরক্লি। ষন অনস্বদি চংখিরম্লে। লৈরম্ব ষন খরত্থ হোয়হুন পুরক্লে। অত্থগ ময়ুমদ থাজিনবিখে। মচনগি মথক্ত তাররিব দশাগি খল্লুবদ খংহৌদন তু খ্যাও খ্যাও চুংই অত্থগ ঈশ্বরদ

থৌনিজরমই। অঙকপনি নহাক্কি লিল্লা। ষন মচিং মচিং লাকই হায়ত্নন শাওনব ষনবৃশিংস্থ য়াওরি। মুমিদাংল্লাইরম লৌ য়েংব চংলুবদ ষম্ন চাখ্‌্‌ব ফৌদোনশিংহু উবদ শাওবন মৈ হৌরব খুঞ্জা অমস্থ য়াওরে। শোমদন মচান তারিব দশাহু খল্লুবদ, চীংমুরা মাদি অল্লাবন ফুম্বংনরে। মথস্ত মচাগি শোক্লব মমিৎপু য়েংল য়েংলগ তুমিন্ন কপচরি। মপুক্লিংদ মওল মওল খল্লি। "ইচাবু নাম্ম শোইব হায়বহু ওইরগদ্র হা ঈশ্বর ? মখোইনি চৎমিন্নরগ শাফগদ্র থন্দুন মাস্থ চংলু থারুবদি, নমিৎ থুগাইরুশে। হায়ত্নন থাবগুম থোক্লবকো। অঙকপনি নংগি থুজিন থৌরাং ফনব তৌবদ ফত্তবস্থ য়াওরিব।" মমাগি অল্লাব উবদ থোইদোক্ল শরৎকি পুক্লিং হেন্ন মুংশিরে। মবোক হন্নুবীন "থোকশ্রবনি কমদৌনি তুমিন লৈরো অঙাংশি মুংশা থিরনি" হায়ত্নন থেমজিনলি। অস্থমন ব্লান-রিঙৈদ শোরমীগি মমা লাক্লে। শরৎন খাওদগি হৈরিৎ অমুনব অনিখক লৌথোরক্কুন শোরমীগি মমাদ পিরি। খাংঙমদ্রব অল্লাব ইশৈ ফোংদোক্ল হিক হিক লাওন হায়রকই "ইমা সে শোরমীদ পিবিয়ু। মাগি শরুক্কি।" শোরমীগি মমান হৈ অনিহু লৌশিল্লি। হরাও মোমোন নোক্কে, তুমিন্ন শরৎত য়েংই। চীং-মুরাগি মনাক্ক অমুক চংলক্কুন খুঞ্জাশিংন ঙাংনহৌব ব্লা পুম্নমক তম্নমই—"ইচান ঙসি লৌদ ষণ চংহল্লি হায়ন খুঞ্জাশিং শাওবন মৈ হৌহৌরে ইবেম্মা। লুপা ৫০৲ জরি তৌগনি চৈ মঙা তুম্নব ফুগনি হায়ন খুঞ্জা পাখং 'মঙম'হু ওম্মোক্ল শাওহৌদ্রে।" চীংমুরা মাদি অল্লাবগি মথক্ত অল্লাবন ননশিন্দুন ব্লা ঙাংব থোকখিদ্রে।

মতং মতং, শুং শুং মচেমগি নাপ্পদ তম্লকই— "ইচেম ঐদি লুপা ৫০৲ কদাইদগি থিরুনি? নচা চীতমস্তু যণ শেনব চংলুবদ উণা তেকণরক্লুন মমিং শোক্লে। মখোইনি চংলগ ফগাত্র নিংতুন মচনবুস্তু থারুবনি অদুবু ইচেম, ইচাগি মমিং শোক্লনব, অসিগুম্ব মীরা তাতুন দশা কয়া লংননব শিল্লুব ওইন থোকাগ্রে।" মচেমদু চীতমগি মুংশিরব মমিং অদু শোক্লে তাবদ থমোয় পুব য়াখিদ্রে। "ব্লাকুরগমু ইনাও ঈশ্বরন তম্লকপনি। থোকত্রব হায়বদুনি। লুপা অদু নং ঐ থাইগংনরসি হায়ববু কৌরি খনবগে?" অস্তুম্ন হংলমই! চীংমুরান "লাইবক ফবনি ইচেম, ইচেমগি লমন শিংডমদন তোল্লবনি" হায়দুন ব্লাগিম্নরে। মুমিংস্তু ময়ুম চংখিদুন মমশিনখ্রে। শোরনীগি মমাস্তু হনখে। হায়ঞ্জ চংচ ঠেঞ্জদ্রবী চীংমুরা নসে লাইবক থিদকে। থমোয়গি অম্লাব ইশৈ কয়াবু তক্ষম থদন থমোয়মুংদ মাংহনখিবন নপাঙ্গল ওইরবী নংগি আশাবু তমজব কনাগি মাংনিংডাই ওইগদগে?

"খোঞ্জেল থোক্ল তেংথাব ওম্বশিংদি নাহেখোস্তন তাইবং খোনখিনি; অদুবু লোন্ন কপ্লিবী নংগিদমক্তদি ঐন ব্লাদব ওমদে!"

শরৎন তমলকপ হৈরাং শরুক শোরমীদ পীন পীন, চীতমগি অম্লাব পাওবু মচাদ তম্ল-ই। শোরমীস্তু পুম্নমক অদু মান নারমদ্রবদি থোক্লমদব য়াই থল্লুবদ থমোয় শোক্ল ব্লাখি।

ঐন পামজবদি মুংলি মুংলি ডান্দুনস্তু, কালিদি কাদব হায়বদি মীবু ওংতব, ঐনস্তু ওংপিরোইদব মৈডালগি মশক্লুনি। মীমাংদ অক শাহুন মৈরি চাওব থাওমৈন, মৈডালদি চাওন

শন্দোকপ মবুকচেল্লদি কালি কাব, মিংশিন হন্না য়েংজনিংদে। য়ামত্রবস্থু লৈত লৈত অল্লাব কান্দ মতেং পাংবিব ঙল্লিবা, চাং-ন্থুরাগি অল্লাবসে নংতন কোকহনব ঙমগদব মাল্লিকো! ওইসন্থু তাইবংদ লান্দবগি জয়ত, ওইহন্নিংই মখোইগি মঙ্গলত। মাইথিসন্থু, চাকথেকসন্থু ফত্রর্বাশংদি অনুতাপকি মৈরিতন।

মথংগি অয়ুক্তনি। খুনগি খুল্লাকপন চত্তুন য়েংলুবদ লৌহু থোইদোক্ল মাংব তৌরোই অমুক চোংলক্কনি হায়ব থংলমই। অহুবু তানখ্রব ল্লারেপ ওইবন দন্দি অহু পিব তাখে্র। চৌং-ন্থুরান শেগাইরব ফিজোল হোংজন খুল্লাকপগি নাক্ত লাকই। খুল্লাকপন হরাও হরাও কৌশিনবিল্লমই অহুগ মরমহু কারিগিনো হংলকলমই। চাংন্থুরাদি হায়জ্ঞ চংচ অনুক্ত তৌরক্তবনি অহুবু পিল্লিব পংলব মচাদ চৈ মঙা ভুম্নব ফুবগি খল্লুবদ, শিংলি য়াওদ্রব হকচাংগুম তৌফম খংদ্রবদ, খুল্লাকপদ হায়জগে হায়হুন মচাগি-দমক ইকাই ইাক ল্লাংম লান্ন লাক্লিবনি। অহুবু হায়ব ঙমখিদ্রে। খুল্লাকপন মচন শক্লবা চৌংন্থুরাগি হায়ঙম তৌঙমদব মতৌন্থু উল্লগ ন্থুংশিব পোক্তব ঙমখিদে। হন্না হন্না হংজিল্লক্লবদ চৌংন্থুরান মাগ মফমদ তারিব খুদোংখিব খুদিং লিজ্জরমই—"লুপা ৫০্ গি জরি অহুদি কৎচরগে চৈন ফুব অহুদাদ পিল্লিব অঙাং অহুদ করম্ন ফুগদগে, ঙাকাপয়ু" হায়জরমই। কম্নাক কুরু শুংন অহন ওইল্লব, মরাইচাইথরক্লব খুল্লাকপা, মপাঙ্গল য়াওরক্ত্রব অহুদদি তানখ্রব ল্লারেপ অহু ককপ ঙমগনি নিংখিদ্রে। খুল্লাকপন খুম্নকই "ল্লাক্লগন্থু ইবেম্ম হন্দাক্লি চৈরাক অসিদি ঐগি পাঙ্গল

থোকপ ওম্ব মকমদ থোক্কে. ময়ামগি ব্রারেপ ওইথিবনি, নবুংবু ব্লারৌগন্নু।" উপাই লৈত্রবী চীংন্নুরান অমুক্কম্মু হায়রকই "খুল্লাকপ নংদি শক্তিচাওবনি, চৈ অহু ইচাগি মহুত্ত নচনদ ফুহনবিয়ুনে।" খুল্লাকপ, চীংন্নুরাগি মতৌ উবদ হায়নিংঙাই লৈতন মুডাইত্রে। "ইবুং ওম্ব যেংগে" হায়দুন হায়দোকখে। উপাই লৈত্রবী মচনগুম্লবী চীংন্নুরাগি উপাই য়াওদ্রব পুন্সিবু থোইদোক্ল তয়াং তশোইন উরবদ উপাই পিগে নিংলহুন হায়রকই— "ব্লাকুগন্নু ইচনমানবী। ঐন নংগি উপাই ওইননব তুংগি লম্বী অমা শেমগনি, চৎলো চৎলো।" চীংন্নুরা, খুলাকপগি শমজিনলকপ ব্লাহৈগি মথা তাব ওমখিদ্রে। চোইজাইরব শম্লাং য়েপথৎচরহুন ময়ুমদ হল্লক্লে।

ন্নুমিৎন ব্লাতোন লেপখে। মী অমা লাক্কুন শরৎপু কৌররে। চীংন্নুরাস্থু মমোস্থু মবোক্ত শিন্নরম্লগ মচাগি মতুংদ তান্নখে। খোংথাং শুদন উরিব মচাগি কাকৈ কাকৈ থাংব খোংথাংবু উরগ থমোয় শোক্তব ওনখিদে। মপাদো লৈরবদি অম্নুম খুদোং থিরোই খনলমই। ও! চীংন্নুরা নংবু শরংকিদনক লাইন থারকপরনে? মচাবু খুনগি মীয়ামগি মীতিন মরক্ত পুশিনখিব উরবদ চীংন্নুরাস্থু চংগে থোরাংখে, অহবু ময়াম্ন লাও-শিন্নরক্লবদ তুমিন্ন অভাওবীগুম ফমথখে। খুল্লাকপন ময়ামদ লাওরকই "খুঞ্জাশা লৌহু থিন চাখিবম্মু নত্তে অমুক শোইদন চোংলকখিনি লুপা অহু লৌদব য়াদে হায়রবম্নু চৈ অহুদদি ফুরগুনাস হায়রবু য়ানিংদব য়াওত্র?" ময়াম্ন "য়াদে" হায়ব নত্তন

করিমত্ত হায়রকখিদ্রে। মথংদ অমুক খুল্লাকপন হায়রকই "ফরে অহুদি মচাগি মহুত্ত মমান শিনগে হায়ারবসিদি কমদৌই ?" হ্লাহংহুগি পাওখুম মনা থাঙ্গত্তুন চৌংমুরান খোরাংন ঙাইরক্লে। অহুবু পামজব পাওখুমগি মহুত্ত "য়াদে" ঙাক্ত হায়রক্লে। পুন্নমক য়াব্রবদ, খুল্লাকপ উপাই লৈখিদ্রে। চৌংমুরান লুপা ৫০ হু খুল্লাকপগি মাংদ থাঁদোক্লগ থন্নরে। শরৎপু মীমাংদ লপহন্দুন থমখে। লৌ চাখিবগি শাওরব খুঙ্গা মঙমস্থ খোরক্তুন চৈ লৌখৎলরে। শরৎপু মুংশিব কাংবুন মনাই লুকথনৈ। চৌংমুরাদি মমিত্তগি অরৎপ লৈতন মপি শিন্থরি। অহুডৈ কেশোগি শিরম-দাইদ মাগি মখুৎপু কেশোগি মথামুংদ কোল্লহুন হায়খিব "লৌন লাকচহনগন্নু" হায়ব হ্লাহৈহু খোস্থাং য়েন য়েন নাপদ তাররি। অঙকপনি সমাজ মকোক মরু পাম্রে হায়হুন, মুপীজা উপাই লৈত্রবীহুবু অস্নুক খুদোং থিহনবকো। শরৎপু মুংশিদব কাংবুন হ্লা-হ্লা নোকশিল্লকই। শরৎকি মখুৎ মচাহু তিংখোকহন্দুন লৌ চাখিবগি শাওরব মঙমন চৈন ফুব হৌরক্লে। চৈফু মঙারক-ফাওবদি উইন কল্লব শরৎন মখুৎ ওন্ন ওন্ন থাংলমই। হেক্তিল্লকপ চৈফু খুদিংদদি কন্ন কন্ন 'ইমা ইমা' কৌহুন কপলক্লে। লাইরৈ-বাক্কি মমাহু থোঁদোক্তুবু উরিগদ্র? তাইবংগি চৌংমুরাদি থাংব ঙমক্রহুন চেনশিনলক্লে। মচাবু কোন্দুন কপ্পরে। শরৎকি মখুৎ মচা অনিমক অরেপ্প লৈতন মতিং মতিং পোমথৎলক্লে। ঙাংশং ঙাংশং ঙাংলম্বদগি মুশিনব হৌখে। মতৌহু উরগ থাক্ল নোকপ খুঙ্গা থরম্নু য়াওরমই। অহু ফাওবদ 'ফুখিগদবনি চৈ লৈরি

ফৃখিগে’ হায়রত্নন মঙমন চাʼঙ্গুবাবু লাক্কু্ন ইনখোকপিরক্লে; চাংঙ্গুরা লৈমাইদ তুরে। শরৎন মমাবু কোন্দুন ‘ইমা ইমা’ কৌত্নন কপ্পি। খুল্লাকপ, মতৌত্থ উবদ মপুক্লিং ওনখে্। চাংঙ্গুরান হৌগৎ-লক্কু্ন মঙমদ হায়ররে, “খর ফুরবদি তোকপিরো। নখোইবু ঙ্গুংশিব খংদ্রব্রা? নচা ননাও ভারিব ঙাক্ক নক্রনে? করি খংদ্রিব ইচানি, নংন ফুনিংলিবদো ঐঙোন্দ ফুরোসে, ইচাদ ফুরগঙ্গু।” “য়াম্ম ফুহল্লিংব্র চঙ্গু নংঙ্গু” হায়রত্নন চাংঙ্গুরাগি হক-চাংদ মঙমন চৈ কন্ন কন্ন হাইথব হৌরক্লে। ঙক্কু্নদ লৈরেদ সংসার! চাংঙ্গুরা মক্ক লুকথক্লে, অতৎ অখম লৈতন ভারক্লিব খাম্ব য়াদ্রব প্রেমগি মিৎলু লাইজ, ফিজিন তৈথোকপ নংদন, লৈমাইদ তপ তপ তার্ররি। পিরাং অসি অচম্ব ওইররোই হাওব মথক্ক ভারবদি, পাপ্তন থল্লব মপুনসিদো শান্তিগি ঈথক খরদং ওইরবঙ্গু ফংগনিকো! শরৎন মমাগি মশাদ ফুখিব মকম মকমদ ‘ইমা ইমা’ হায়রত্নন নাল্লি। অরাবনি চাংঙ্গুরা, লাইবক খিদকো ওঙ্খোক্লঙ্গু নংসে। থৌনাঙ্গু ওঙ্খোক্ল লৈদকো, কেশোমক্ল অমত্তং য়োকপ ঙম্লমদ্রব, অত্নবু নংদি অনি নাওকোনলিব। শরৎরাজগি থমোয়দ ভারিব থৌদোক্কু্গি মঙাল, মুৎলরোইদব ময়েক্ক চুঞ্চবনি। খুল্লাকপ, থমোয় হিক্ল শোক্লব, শমু লমশাঙুম চংলক্কু্ন “খুঙ্গা পাখং হাকমল্লি” হায়ন ব্লারক ব্লাতেমনখে্।

থৌদোক অত্ন হৌখে্। অরাবগিঙ্গু ব্লান চৎখিব, ঙ্গুঙাইব-গিঙ্গু ঙ্গুঙাইন খামহৌব য়াদন হৌখিব। হোংনাইজ্রব ভাইবং লোনচৎনি। মমোমগি শোক্লব মিৎকি ব্লাখম্ম চাংঙ্গুরা থুন অহন

ওইখিব খংহৌদ্রে। খোমলেন মঙলান মুঙাইখিদব, করি খোল্লনি খল্লুবন ঙাওরবী, পোশিন শোয়ন পোশিনলুই, পোথম পঙন পোথমলুই, খনবতন মকোক চাওই। অচুবু খোকখ্রবনি খঙ্ম চীংমুরা মথমোয় থেমজিনদ্রে। মপারি মমোংবু তেক্ত কাইদ মপু শিস্থা পাংহনবিয়ু হায়ন ঈশ্বরবু থাগোনজরকই।

অস্নুম হৌখিবন, মতম্ন মীওইববু মখোং শোম্নমচুন তাইবং মপুগি শিস্থাবু মাংওই তুংওইনহল্লি। অচুঙৈ চীংমুরা উপাই লৈত উত্তুন, খুল্লাকপ খুয়াখাদ চৈরাক ব্লারক কোমহনবিয়ু হায়জরুবদ; উপাই লৈত্রব, কম্নাক কুরু শুংলব, অহন ওইরব খুল্লাকপন চীংমুরাগি মীমুংশিদগি মাগি পুন্সি মুঙাইজনব, তাইবং লম্বেল শেমগনি, কোলোই মপাও তমখিবচু শিস্থা ওইন পাং-থোক্কে নিংলক্লে। চীংমুরা মাবু খুল্লাকপকাদ কৌরক্লব মী থাখে। মরম খংদ্রব চীংমুরাদো, করি থোক্লগব, করি হায়রগব খল্লক্লে। পুক্লিং তয়াং তশোইন পায়রম্ব শিস্থা থাদোক্তুন, খুল্লাকপ মরানয়াইদ চংননব খোংশাল্লক্লে। খুল্লাকপা মরানয়াইদ চংচুন খুল্লাকপাগি নাক য়ৌরক্লে। ইকাই ইকি মিপাইন চীং-মুরান খুল্লাকপ ময়াথং তাকপিরো নিজরকই। খুল্লাকপন চীং-মুরাবু তরাম তরাম কৌশন্দুন হায়রকই, "ইচনমানবী ইবেম্ম। নবুংন ঙসি ইচনবু কৌবদি অতৈ করিগি নত্তেদো, অচুঙৈ নচাগি ব্লাথোকঙৈদ ইচনগি উপাই পাংঙমদ্রব নবুংন, ইচনগি মুঙাই য়াইফনব পুন্সি লম্বেল থাগে খনক্লে। ইচম্ন পুন্সিদ খ্বাইদগি পামজব অমত্তং হায়য়ু মচুদদি নবুংন পাংথোক্লমগে, ঐস্নু পারি

উদ্রবনি, ই:পাকথোক ইয়ালাং তাইবং মীনোক চংলব মতমদ ইমোম অপিখক অমত্তং তাইবং ফাওনরেদো, ঐগি লৈরব থুদিং নখোইদ শিন্নরম্নগদবনি। হায়য়ু অপান্বদ হায়য়ু, করিগি চিংন পরৈ থাংবগে?" মমাগি মনাক য়ৌরবদ উপাই খর উরহুন, মাইথিরব অঙাংন তপ্ন কপ্নম্বদগি হৌন কপ্নক-পগুম, উপাই লৈত্রবী চীংঙ্গুরাদো, উপাই ফংব উবদ, মবুক্লিং মুংশিব ফাওরক্লে। থমোয় লৈকান্নুংদগি হৌরকপ মুংশি ঈহৌন ঈপান ফন পাথোরক্লে। পিরাংন মিৎলু থুম্নরে। হিক্র তনিক্লব য়ারান খুল্লাকপ খুয়াখাদ তুজহুন হায়জরকই "ইবুংশকপ খুল্লাকপ, ইবুংবু পুন্সিদ কাওদব ওইজগে, ঐন করিবু পামজহুন কারবু থৌনিজসিগে? ইচা পারি চাওড্রিব অসিতদি তাইবংদ লৈনম চেলহনবিয়ুনে চীংবুরোই।" চীংঙ্গুরাগি মপাও তারগ, মোমোন মীনোক নোক্নন খুল্লাকপ মপাও লাওরকই "ব্লারুগম্নু ইবেম্ম, মদোম ফংজব আচান মীরান নাইদন য়োকচরিব নপারি, তাই-বংদ কৈরাক কাহনগে, অব্লাংবথাক্ত থাংগৎকে, চৎলু চৎলু চীং-ঙ্গুরা ইবেম্ম নপারি চাওড্রিবহু ইনাক্ত থারকউ। মাগি মতৌম্নু উথোক্লে, অপাম্ব মফম লাংহনগে।" খুল্লাকপগি মীম্নুংশি ফিগাও শান ম্নাহুন চীংঙ্গুরান পুজরক্লে। মগুণ লৈব মীগি মগুণ গুণ লৈব মীতন থংই, শামুগি পাঙ্গল উচিন থংদে। মীম্নুংশি চাওবী চীংঙ্গুরাগি মীম্নুংশিদি, মীম্নুংশি চাওব খুল্লাকপতন থংই। চীং-ঙ্গুরাদো হরাও তয়াম্ন মম্নমদ হল্লক্লে।

ম্নুমিদাংব্লাইরম ওইরক্লে। ঙসিদি চীংঙ্গুরা য়েংলু য়েংলুব

মাইকৈদ ফজবত থেংনৈ, নিংথিবত উনৈ। পুক্নিংদ হরাও ঈথিল অমা তত্তন ফাওই। অদুবু নিংশিংদুন মাগি থমোয়দ মকাফন্ন শাংলি। ওহাকস্তু অমুক মোমোন নোকই। মীন উরগ ওাওই হায়খিগঅ, নিংশিংলক্তুন ওহাকস্তু তুমিন লৈথোকই। থবক অমা তৌগে নিংলুই, তৌগে হোৎনবদ কাওথোক্লুই। মথংদ মান খনখিবহু করিনো হায়দুন নিংশিংনব হোৎনৈ। অস্নুম্ন মচাগিদমক হরাওজবন অওাওবীগ চপ মায়ে। মচাগি য়াইফ রাখলদুতন মাবু অওাওবী ওইহনলি। মপারি যণশেনব চৎখিবহু হল্লকপ মতম ওইরক্লে। অদুবু মতম খরহু কুইবন মওোন্দদি চহি অমওুমখে। মচাবু ওাইবদ ফন রারে। "ইচান হল্লক্রপ মপা খুল্লাকপদ অক মুওাই নিজহোৎসমু। মান তাইবংদ মওাল ফংব, মপাগিন নিংব থুংব, ঐগিন ইথোদাং পাংথোক্তুন রাশক ওাকচব। মসিতনি মুপিজা পাঙ্গলশোনবী ঐন পাংজব ওম্ব ইপুরোইবগি মতেং। মসিদনিকো ঐন নিংজরক্লিব।" চৌংমুরাগি রাখল্লি। মসিমকসিনি মাগি পাঙ্গল ওইরিব শক্তিসু। ওসিদি চৌংমুরাদো মচান হল্লকপ মতমহু মুতিদগি থেংথরব্র খল্লক্লে। লাকপ মতম ওইরে থন্দুন, পুক্নিংদ হরাও মথুম মরাং ঈহৌন, রাখল্ল নিংতম্ন তনৌব শাথেক্ত কুপ্প জগোই শাখে। রান ওাইজরিব মপারিদো শোরমীপ লোইনন অরাপ্পদ কাওরেন যণয়াম হোইদুন লাকপ উরক্লে। মাগি মনাক য়োৎমিংবন চৌংমুরাদো ওাইওম্নক্তে। হরাও মোমোন লৈথেংনদুন, খরাই থোঙ্গান তম্ন চেন্নে, খুনিং মোদোন কাংদুন মচাবু খুলাম তোইন কৌম কৌন ওকচরকই।

খোংজৈ তোইব শরৎন লেপ্তুন লাক্লুন খজিক খজিক নকশিল্লক, মমাগি মনাক য়ৌরক্লে। শোরমীগ কাইন য়াথং লৌনরে। শরৎন মমাগিদমক হেক্লকপ লৈরাং নাচোম পুখোরক্লুন থরাই খোঙ্গান্দ মাবু কৌজরম্বী মমাদ পিরমই। মচাদগি লৈরাং নাচোম লৌরক্লুন নাপদ লৈথেংখে। লৈরাংগি তাংজনফম ওইরবা চাঁংমুরাগি মাইথোংনি। ফজবগি মকমদ ফজবন থোইন হেন্ন নিংথিহনখে। মপারিবু নাকন্দ পয়ুহন ইমুং তম্ন খোংদোইরক্লে। কাওরেন ষণশেন ভল্লহনস্নু লুন নিংজরিবী মমাগি মফমদদি শরৎতু থোই-নহুম নৌখ। মুংাশদকো, মমা ওইবগি গুস্তন তিল্লবী চাঁংমুরা। নঙোন্দ শরৎপু শিন্নদন কনাদবু শিন্নগনি? শরৎরাজন মাবু মমান কয়ামুক লুন তৌবগে হায়বহু থংদব নত্তে অহুবু ওসিগি থৌদৌ অসিদি করিগি অহুক হেনখ্রিব থংথিদে। করিগিনো হায়ন খম্বম্নু তৌথিদে ঠবমদি মমাগি মতম্বাক্ত লৈরিব অঙাংন সংসার অপুম্বু লাইন কাও-খোকপ ওমই। অহুবু চাঁংমুরা মাতগি লোনম নত্তন মসি ওয়োই। ছায়বদি শরৎন মমাবু পোক্তবীনি থংলম্নবদি অসিগুম্ব থৌদোক কন্নাদ চিংনরক্লনি। মসিন মরম ওইহুন কেশোগি নিংবম্নু থুংলোইদবনি। চাঁংমুরান মচাদ হুরাও পাওদম কোংদোক্লুন হায়রকই ইমাগি নিংথেম নংগি লাইমিংন থুম্নাংলব "ঐমি, নং-গিনি খন্ন ইমান মশক নাইদব পোং অমা খুল্লাকপ মকমদগি নিরম্বনি, পামজব খন্ন লৌকশো। নপুন্সি মীমান্নজনব।" শরৎ-রাজ মমাদ করিনো হায়নস্নু হংলমদে থেংঞনি হায়ন মমান তর্কশিল্লরুন্দ খুল্লাকপানাক্ত চৎকে থোরক্লে। ন্নাখনচাওব শরৎনি।

অকক্লব লংজিন খংলগ লংতোন থিবন খুদোংচাব হেনগনি খল্লহুন মমাগি নাক্ত তলহন হপ্পিনলক্লে। মচান অমুক হল্লকপ উবদ করি তৌরবনো খংদ্রবী চাৎস্নুরান হংলকই "করি তৌরবগে, ইকাইরব্র ?" "করিনোনে ইমা ঐন নিগদৌববু, মহুদং খংলগ চংলবদি হেন্ন অফব ওইরোইব্র ?" অম্ন্র শরৎন হংলকই। মমাগি ব্লাখন্দ তনৌব আশা অমা পোক্লকখি। মহাক্ল হায়রকই "ইমাদি ইচান অপাম্বদ খনসম্ন নিংঙ্গে। নংন অপাম্বহু হায়ক্ল। ইমান নংঙোন্দ ইনশিনব থোক্লবদি ইচাগ অপাম্ব ওইরোই ?" মমান তাকপিব মতুংইন্ন, শরৎরাজ খুল্লাকপাগি ম্লুম তম্ন চেনঙ্গে। খুল্লাকপন খুলাম তোইন শরৎপু ওক্লমই, মতম থেংথব তৌদন হায়রকই "শরৎরাজ নংন অপাম্ব কল্লিনো খল্লক্রব্র ? পামজ খুদোল নিজরো নপা খুল্লাকপা ননাক্ত লৈরে।" শরৎরাজ করি খাল্লগব অঙাং নব্লা মাদি অফ-ফত্ত খাইভমদ্রিবনি! অহুবু থং-হোদন খুম্লকই "ইপা খুল্লাকপা ঐখোইগিদি লাইরব ইমুংনি। মতমপুম্বদ অব্লাবন পিক খনলি। ইমান শুদ্রবাদ কনাদগিস্নু মত্তেং কংসে। ঐদি ইমাগি অব্লাবব্নু কোক্লবাদ অপাম্ব অত্তে করিব্নু লৈক্লগদগে ?" অঙাংগি ব্লাঙাং তাবদ মাম্বুংশিন খল্লব অহন ওইরব খুল্লাকপ, পুক্লিংদ ম্নুংশি ঈখিল ফাওরক্লি। শরৎকি মনমদ পোপ পোপ থারহুন হব্লাও মোমোন নোক্লি। ম্নুংশিন য়েংলহুন মাগি নিংঙ্গব অশা খুদিংবু ফোংদোরকই— "ম্নুংশিদ পারিমানব, নমা নচাগি ব্লাদ য়াইকনব ঐন শিনগনিকো। ঐন নংগি পুন্সি কৈরাক থাগনি। হয়েংদগি কাওরেন যনশেনব

তোক্লো। মরুপ নপিজ্জালক্ত মহৈ তম্ব চৎন্নুরো। নমান্নবগ লৌশিং তাম্নৌ মীকোক থোংব তান্নু। থেংলে নয়ুমদ হল্লো চৎলো চৎলো।" শরৎরাজ মহৈ তম্ব ওম্বগি রাখল লৈত্রবৃন মিরাইক্লব মহৈবু তম্মু হায়বিরকপদ হরাও পান্দোল লোমত্রে। থাজত্রব থৌদোক অছু মঙোন্দ মঙ মঙত্রিভৈদ মঙফাওনবগুম থোকখি। মপুক্লিংদ খুল্লাকপবু মুংশিবন ইন্ডাও ঙাংল্লে। হরাও হরাও মন্নুমদ হল্লক্লে। থুন য়াংন চেনখিহুন, ময়ুম য়োৌরব মতমদ হরাও মখোই কাখিহন, মমাগি মনমগন্দ চোংথৎলুরে। হরাও মোমোন মোক্লুন "ইমা...ইমা.." কৌরক্লে। মচাগি য়াইফতবু থজ্জবী চীংম্বরা মচাপি মতৌ উবদ হরাওজন "করি তৌরবগে হাংলমই।" শরৎতি হরাওবন লৈপৎ শুখিত্রে, হায়রকই—"ইমা ঐবুসু ইমান্নবগা লাইরিক তম্ব চৎলু হায়রকই, যণশেনবসু তোক্লনি। অছুগ ঐখোয় ইমুংগি অরাং অপা থুদিংম্ব মেনবিনি হয়রকইদো ইমা।" মচাগি রাবু শারগ হরাওবগি মথক্ত চীংম্বরা মুঙাইজরমই।

অফববু খুদিংমক পাম্নে। পাম্নদব কনা য়াওবগে? অফব মুঙাইব তান্নবদ ওসি তাইবংন অমগ অমগ য়েক্ল লাংথাক্লরি। অফবতবু কলকপন, ফজবতবু মিহোক্লবন মীওইব তাইবং, চৎলুব লম্বী তুংইন্ন অক কত্তগি লমথুংসু য়োৌরি। খুল্লাকপদি অফববুসু পামই অছুগ ফগদোৌরশিংবুসু শেমগৎনিংই। অঙাং ওইরিব শরৎন লাইরিক্ত থরাই য়াওজবগি রা তারগ খুল্লাকপন মহাকপু লাইরিক তমহনগে নিংখি। অছুগি মথক্ত শরৎরাজন মহৈ মশিং মপুং ন হৈন্নবব নহাকি অরু পোকচবী মনোম, মথক্ত নচেন মবুং

মরুং লৈজপ্রবী, মখাদ নাওরোন তাপ্রবী ওমলৈলাবু শরৎরাজদ শিন্নগে খনখে।

হৈজন্নিংব ওইবন ওসি শরৎন মমান্নবলক্তগি অথোইব মিংচৎ ফংলক্লি, মীথোই মীহেনব ওইরক্লি। গুরুগি চান্নফমস্থু ওইররি। মতাংসিদ হায়জনিংই, করিগুম্ব ঈংখোলদ য়েঙ্গাং-নাপী খর থারে। মতুদ খ্বাইদগি থোইদোক হেন্দোক্ল ফব পাম্বী অতুদ, ঈশিংদ চাইরবস্থু হেন্ন চাইশিন্নিংব, মখোংমক শোন্নবস্থু হেন্ন ফজন শোন্নিংব। অসি হায়তুনস্থু, খ্বাইদগি ফত্রব পাম্বীতুবু ফুকৎনিংলুবাগি রাদি নৎ-চদেকো। অসিগুম্নব অকবতুবু হেন্ন ফহন্নিংবাগি রাখন অসিবু ঐতংগির নত্রগ তাইবংগি হৌনশার? মমান্নবলক্তগি থোইদোক্ল মীথোই মীহেন ওইরক্লিব শরৎপু মখোইগি ওঝান য়ান্ন চান্ন তৌবিরমই। মথং মথং তমথরকপন শরৎ হাইস্কুল কাজরে। হরাও তন্নান্ন মমান্নব কয়াগ অভাং ওইরিবগি হৌনবী অরাব কয়াবু কাও-থোক্তুন লাইরিক তমথরি। অতুবু মপাং ময়াম থাদোক্তুন, মন্নুমদ মদোম ওাইরবদ মমাগি অরাববু নিংশিংদব ওমদে। মমাগি মখৌ কয়াদ মতেং পাংশিল্লি। মতমতু শরৎকি ইমুং হান্নগুমদি রাদরে, খুল্লাকপগি মতেং ফংতুন মুওাই পুন্সি লেনব হৌরক্লবনি।

মতম অতুফাওবদ চীংমুরা পুাক্লং ফাওন হরাওব ওন্নমল্লি। নিংজব মাগি পুন্সিগি আশা অতুদি থুংলগনি মহাক খংই, মতুগিদমক্ত মুওাইতবদি ওমদে। অতুবু মমোমগি শোক্লব মিৎকি মরমদ খল্লুবজন মুওাইতবগি লংজিন অমা ওইরি। অরাবত পোক্লিব, অরাব রাখন্দুতন পুন্সিবু থুন মলহনগেস্থ

হোংনরিব, মহুগিদমক চিন্তা হাপতবন্থু ঙমদ্রি। চৌতমগি শোক্লব মমিৎ য়েৎ অহু শোকপ কুইত্রিঙৈ মতমদদি মশেন মন্নাং উরমই। কুইশিল্লক্লব মতমদদি শোক্লব মমিৎ অহু পুমমম মমখে, হায়ব য়ারে। ওইথংব মমিৎ নামতন তাইবং শিন্থা পুজরক্লি। শরৎস্থু রাজরিবনি, সংসারদ মচনগি তুশোনলব মতৌবু করম্ম কাওগনি। রাখন কন্না থনলুহুন তাইবং শিন্থ্ংনে কোইক্লরবস্থু লোইশিল্লকপ পোলোইদি মচনপি শোক্লব মিৎসনা লকানি। মুঙাই ইরাং কম্নাদ ঈরাং ঈহৌন, কোইন ময়াইকান পাইরুরবস্থু য়াই অহুবু লোইশিল্লকপদদি মচনগি শোক্লব মিৎতনি। অম্সুম মচনগি রাখন্দ লুপ্র্রবদি অন্নাবন শরংকি শরুক্লি। মুঙাইবন লাপ্ল মশাপায় পাইখি। অঙকপনি অঙকপ, মীওইবন মুঙাইবব্ তান্নবগুম অন্নাব থুদোংথিবনস্থু মীওইববু মিকুপ থুদিংদ তান্নরি। মচান মচনগি মারিবহুবু থংলগ, রাখন্দুতন মচাবু লৈথা তাহন-খিগত্র, মহৈদ পুক্লিং চংলোইত্র চিংনরবী চৌংজুরা মতম পুন্নমক্ত মচাগি মকমদ "খোকখ্রবান, ঐখোইন ফন রাহুনস্থু করুক্লদব লৈতে রাক্লগস্থু" হায়হুন থেমজিনলি। অসিগুম মমাগি থেমজিন রাহৈন শরৎপু অন্না পোথাহল্লি। অহুব্ মুঙাইশিন্নবগুম্বনি। মক্লুন লৈথ্রব থোদোক অহুন শরৎপু কৈদৌমুংদ থাদোকপ লৈখিদে। পুক্লিংগি অন্নাবদ্দি, মুংঙাইশিন্নবন কোকহনব ঙমদে।

কাওরেন মপশেনব তোক্লন মহৈ তন্নকঙৈদগি মশাগি নোমজমন্ন ময়েকলাক্তন, শরৎন মমাগি মজেং পাংলক্তি্র। মুক্তি মমিৎ থুদিংগি, মচন্ন চানিংই হায়খিব হৈরিৎপু কিগাও থন্ন

হেক্তুন মচনগি খোবোম থলহনলগদবস্থ তোকখিব কুইরে। মপিজা শোরমীগ তোংনবস্থ শেরক্লে। অত্থবু মরুপকি সুংশিবনি থাদোক্তি। করিগুম্ব অহাওব তাওজিং চারবস্থ মরুপকি থাক্তব লৈখিদ্রি। মপাংলক্ত শান্নমিন্নবদ শোরমী ম্নাওত্র ময়েংলৈ। শোরমীগ মিচং ওইত্থন মমান্নবগি মথক থোংমিন্নবত্থ তত্তন ম্নাখন্দ ইনৌ নৌন ফাওরকথি। অত্থকহাক্ল অনংব ইমুং ওইদবন শোরমীস্থ শরুংন যণশেনব তোকভৈদগি তোকখে। নোংমাইজিং সুমিৎ লাকপদ চাংদোংদ শারিব গির্জাদগি, সুংশিব কাংশিগি মখোলন, অয়ুক্ক মতমদ শবৎকি পুাক্লংদ ইরাং হৌহনলি। মাগি মরুপপু লিংশিংলকই। গির্জাদ চত্তুন মপিজাগ লোইনন কম্মিন্নত্থন পান্থরগি পাওতাক কয়াবু তামিন্নরমই। লাইনিং পুংজা হেনখ্বদ চৌংদ কোইন চত্তুন হৌখ্ব পুন্সিগি কুম্মে কয়াবু অমুক নৌহৌন লিংশিংলুসি হায়নত্থন শরৎ অমস্থং শোরমী, চেক্লাগুম মনিং তৌন শান্নজরমই। অস্থম অস্থম লাকপন খুল্লাকপগি পামলৌ য়োৌরক্লে। নাপোম শান হায়থরকপ চৌংমায় অনিগি তাইনফমদ ইফূত্তগি চেম্থরকপ ঈশিংগি মখোলন চিক চিক লাওন তাবি। শংলব উনাশিংন খুরক হাংদন হৌগ্রিব চৌংমায় নাপোমগি উশিংদ হরাওন কর কর হাইরি। কুংথরিব লোক্লংদ পুলৈন নাহৌনন হৌরিব। অকোইবদ চৌংরা পয়েংন পিক থনাগ্রব। ম্নানারক্ত তুম্মিন তুমিন শ্বাই শ্বাই লাওন মালংন চেল্লিব, তারু-উরুরগ শরুং শোরমী মপিজা অনিমক ম্নাহৈ ম্নাতা তৈনদন "ফজত্রানে প্রকিতি খুৎশেম" হংমিন্নে। "লোক্ত কুমত্থন ঈশিং থরুসি" হায়ত্থন

চীংদোন্দগি চীংখা তম্ন মরুপ অনি খুৎশম্নন কুম্নক্লে। লোক্লুং য়োরে পান্ত্র য়াওদবন উনা থম্বুন ঈশিং শোকে তৌথৎলকপদ খুল্লাকপগি মমোম্লোই, চেংলৌ শবান লমহেনবী মথোন কান নিংথিজরবী, মিনোক মিতৌ লময়োবী, লাইজ ঈফুৎ তম্ন ইশিং শোক্লে কুমথরক্লে। শরৎ অমস্তুং শোরমীগি মতৌ উবদ মুরা পুক্লিং নৌপ্রমাল্লে। তুম্বা কোরেক তুনানব লাইজ ঈরোম্নুংদ লুপশিন্দুন ঈশিং থন্ন শোক্লগ নিংথিজরব পাম্বোম তিংথোরক্লুন শরৎত পিররে। মরুপ অমিমক পুক পেন্ন থকমিম্নরে। শরৎন তাওক্লিং হৈরাং অমা পুথোরক্লুন খুল্লাকপগি মমোম্লোই, চাক্ল মদোম ঙানথ্রবী ঙমলৈলাদ শিন্নরকই "নংগি লাইজগি লম্মনশিসে ঙমলৈলা।" ঙমলৈলা ইকাই হঙ্গোই য়াম্নন হৈরাং লৌশিন্লে। ঈশিংন থল্লব ইশ্বাইফুত্থ শমদ হাপ্তুন পামলৌ তম্ন কাথৎখে।

কোরৌ শিংবুম কয়া হৌখে, থাজ কয়া চৎখে, চহি কয়াস্থ লানখে। ঙসি শরৎস্থ খুল্লাকপা মরানয়াইদ তহা তহা লাক্লি। মতমস্থদ খুল্লাকপগি মমোম্লোই, ইয়োংদ ফিশা মহৈ তম্নমই। মবুং শরৎপু উবদ লাপতক্ল তরাম কৌজরকই "করি থবক্লিনো ইবুং?" শরৎরাজন "ইপা উনগে লাকপনি, লৈতব্র" হংলমই। খুল্লাকপন মতাংদুদ ইমুংদগি, শরৎপু কৌশিন্নকই। ঙহাক পুঙ্গোই চিঙ্গোই পাওদম্নরে। শরৎন খুল্লাকপদ হায়জরকই "ইপা নচাবু মীরৈবাক্ত ইহৈ তম্নব থাবিব ঙম্বিগত্র হুংজনিংবনি।" খুল্লাকপন হায়রকই "ইপান লৈরিবৈদ ইচান করিগি পিদোনগনি? ইচাদি করি তমব তারিব?" "ডাক্তর তমগে

খল্লিবনি ইপা।" "ফৈ ইপান পাম্বস্নু মহুমক্কি। ইপান থাগনি। নহাক ইপাবুদি কাওগমুকো শরৎ। ঐদি অহন ওইশিনলক্লে, ইমও থুৎন লাম্ব ফংলক্লেদো।" অস্মুন্ন শরৎ নিংব থুংনহুন ময়ুমদ হল্লক্লে। হরাও তয়ান্ন পিক থল্লি। তোল্লবী মচনবু ময়ুমদ উবদ মওফাওনবগুম মুঙাইবগি ঈথক খুদিং মাংখ্রে! মনাক্ত চংলক্তুন হায়রকই "নদোম ঙাইজরবী ঐগি ইচলনি। নংগি ন্নাখন্দ মুংনাংব তোকপ লৈতে ঐস্নু। ঐবু ন্নারোৗগমুকো চীতম ঐন ডাক্তর ওইরগ নংগি নতেং পাংহুন য়াইফ শক্তম ঈশ্বর মাগি মফমদগি নিজসিকো।" অস্মুন্ন চীতস্নু পাওমেল্লমই। নিংঙমদন চুপ্পব থোৗদোক্ক শরৎকি থমোয়বু থিঙ্গাইহুন নিংঙমদবগি ইচেলন হকচাং শিন্থ্রুংন চেনখিহুন খোংথাং খুদিং তুচুংনয়রি। পুন্সিগি মিৎয়েংকম ওইরব, পুন্সি থোৗদোক খুদিংদ ইপন্দ পন্নরব হকচাং-গি অশোইব মফমনি। খুৎশেমগি লাংথাক্ক চীতমবু কাখ্রবনি, করম্ব কান্দ করম্ন করম্ব খোইয়ুমগি লাইবকখেন্ন লাংলক্তগি মচনবু কনগদগে খনবতন মশিঙ্গাং ওইহুন শরৎস্নু পোথাদ্রি। থমোয় ঈফুৎন্নন চাক্লকপ নিংঙমদ মৈরিন অথুপ্প থমোয় লকানুংদ ততুন চাকপ অহুবু কনাদস্নু তাকখোক্তে কনাদস্নু তমখোক্তে। অন্নাবগিস্নু অন্নাবন, মুংনাংবগিস্নু মুংনাংবন মৈখম্নরিব শরৎকি পুন্সিনি। অঙাং ওইরিঙৈদগি অন্নাব অমস্নুং তুশোনবগি ঈচাও ঈখোন্ন থম্ন হৌপ্পব থোৗদোকপু নিংশিং নিংশিং মাগি থমোয়দ নৌন নৌন ইথুম্নরব শরৎকি পুন্সিনি। মচনবু মুন য়েংলগ মিত্তগি পিরাং শিম্থব নত্তুন করিস্নু উপাই লৈখিদেদো অহুবু পুক্লিং

লুম্ব ল্লাখন কয়াগি ল্লাহৈ ফোংদোক্লত্থন মচনগি আশা চাওখৎহল্লি। মপাংলক্ত তিল্লগে ঙাইহাক মুংঙাইবু হায়সিল্লা, ঙাইহাক হল্লাওইবু নিংশিল্লা? অত্থবু ল্লাখন্ন ঈথুম্নরব শরংরাঙ্গদি কয়া কুই নবু হরাও মতমঙ্গনি? খুদি অমুক থিবদ হকচাংগি ঈ-ত্তোংশা খুদিংদ চৈন খোস্তন তমথিন তুজুংহন্দুন কোইচেন চেনবগুম ল্লাখন অমাগ অরোইবদ মচনগি ল্লাকম্বু করম্ন নিংদব ঙমগান? মশাগ কয়াৎ খুদিংদ, অকিবাগ তুজুংলবু ঈচেলগি অল্লাব কয়ান কোইচেন কোইচেন চেনাশনলকই। সংসারবু অল্লাবগি তুংনফম্নি খল্লকই। মখাদ মদোম ঙাহঙ্গরবী কে-মৌন য়োকপস্থ ঙমঙ্গদ্রবী, শান্নবগি পেনব লৈত্রব, অঙাংগি হরাওনিংঙাই মঙমদ মমান্নবগ মীমান্নদ্রবী চাতমগি পুন্সি কনাগ মান্নবগে?

অমরোমদস্থ শরৎ, কুমঙ্গা কয়া কুমওন তমখিবন হৈরাং খুদিং মপুং ফাঙ্গ্রব, হৈপাল খুদিং মউ চাওরব, য়েংউ য়েংউব মফমদ বসন্তগি ল্লাত্রব ঋতুগি শক্তম লৌরবদ অমত্তংদি ল্লাংলি। ল্লাখল্লুংদ অল্লাংপত্থ খুদি থিনকমত ওইররি। অঙাং নল্লা ওইন পিক্লিডৈদগি চেংলৌ উঙ্গহৌদ্রব মপাবু পলেমন খুল্লানব চংখি হায়ত্থন লৌনম ফিজিন কুপখিব। হিংলি থংদ্রব, শিগ্রে লেপঙমদ্রব! ঙসি, পাম্বোম পাঙ্গল চাওরত্থন মপাগিদমক্ত তাইবং থল্লাই থাল্লগে হায়রগদব মতমদ মপাবু উব ফংদ্রব! নাক য়েত্তগিদি তাইবংগি মীনোক তোইরক্লি। অচুম্ববু ওইরিদ্র অরানববু ওইরিদ্র চিংনবতন য়োমত্থন তাইবং পুন্সি লেল্লক্লিবনি। অঙকপনি হে তাইবং! ইশাগি মতম ঙাইহাক লেম্নব, মত্থতন

অমত্ব ওইনি খন্দুন চেৎন চান্ন থমজরিব, অরোনবগি ফিরোম্ন কুপচরিব লৌনম্ন হাইদোক হাইদোক শান্নরিব। অশেংবত্থবু থংখ্রগ মপুক্লিংদ তুশোনব ৱাখন ফাওখিনি। ৱাখল্লুতন মচাগি পুন্সি লম্বেলদ থুদি থিফম ওইগদ্র চিংনবদগি মিৎকি পিরাংগ লোইনন হায়ঙম তৌঙম্দন মচাগি খরত্তবু মথোই কারবদি হায়বগী আশাতন তৌজখিব মমাগী লৌনম্নি। ঙাইহাক মতম লেন্নবগি-দমক, মত্থবু খংবিদব তাইবং পংমল্লি, সৎমন্দেদকো! "মতম তাঞ্জা লাক্লগ ইপাবি পাম্বোম থোইরগ, তাইবং শরৎ মঙফাওনব ওইসম্ন। ইপুরোইবগি নিংবথুংখিত্থন ঐগি ৱাশকপু ঙাকচনব ইথোদাং পিবিয়ু" হায়জবগিৱাখন অসিতন চীংম্নুরা মশাগি নিংলিব লৌনম্নু ফিত্থপ কাইদ নথমজিনখি।

ঙসি শরৎকি যাত্রা মুমিৎনি। মরৈবাক পোক্লফম্নু থাদোক-ত্থন তাইবং অফ তান্নব ঙসি মীরমদ চৎকদৌরি। নোংমদোন অতিয়া মকোইদ কোরৌহনব মতিক ময়াই ফুদোক্তুন মালেম-পুম্বদ হিংনিংঙাই ওইরব মঙাল পিররি। মাগি মঙালতন হুবান লোঙ্গাগি ৱাখলন পিবুক পিরোম্নবশিংবু খোংথাং ঈথৎনররি। তাইবং অফ তানববুন পাঙ্গল হাপ্লরি। মতৌত্থবু উকরগ শরৎকি মঙ্গলনি খল্লোইদবদি উংহৌদ্রব খবর্তনি। চৌংদোন্দগি চেম্বকপ পিক্লব লোক্কি ঈচেলতগি মখোন্নম্নু শরৎকি মঙ্গল থারক্লি। মমাগি নাক্ত চংলক্তুন, "ইমা মঙ্গল পিবিয়ু, নচাগি মাই পাকপ ওইজগে" হায়ররে। মবোক্তগিম্নু মঙ্গল নিত্থন কাইন য়াথং লৌরক্লে। মচনগি মনাক্ত অমুক চংলক্লে "ৱারুগম্নু চৌতম নংগি-দমক মবুং লৈরিকো" হায়রত্থন মচনবু নাল্লত্থন চিংন য়েংন য়েংন

শরৎ খোংথাং অমা অনি থাংদোকখে। খুল্লাকপগি মুমদ লাক্লে। মপা খুল্লাকপদ "নচাগি মঙ্গল পিবিয়ু" হায়দুনা য়াইফ খৌনিজরক্লে। মাগি মরুপ শোরমীশু শরৎত মঙ্গল পিরক্লে। মপিজা শোরমীদগি বিদাই লৌখে। অসুম্ন শরৎ অফ খোংচৎকি যাত্রা তৌখে। মচন, মমা, মবোক অমসুং শোরমীনচিংব খুদিংমক শরৎপু চেপ্প চেপ্প মিৎয়েং রাংন লান্দ্রফাওব য়েংদুনা লৈহৌই। লৈখিদ্রব মথৎলেনবু নিংশিংদুনা, ঈশ্বরদ মচাগিদমক মঙ্গল নিদুনা চৌংনুরাম্নু তুগি আশাবু থাগোন্দুনা লৈহৌই।

ইঙাগি নোং তাবক্লনি খঞ্জদুনা, লোয়রাগ মরুপদ নমাই উপশিনবমখে, কালেনাগ মেশা খাংজরবী, মিপাই চাওরবী লৌবুক্তি থরোইও; ইঙাগি মতম য়ৌরমদাইদ লৌরিকাচিন য়ানব লাক্লে, নথক্ত য়োংশৈ থাররনি, মচেৎ তান থুগাইররনি, মৈশালক্ত ফৌবিররনি, নংদি কবম খাংগদৌরি, ঐন করম য়েংউগেনে লাইবকাথবীও।

মীওইবন অফববু পায়্নে। মীন অফব ওইগ্রগ কল্লকপস্নু য়াওই অসিগুম্ব মীওইবু কারিনি হায়না লৌনগনি? ঐতদি অফব থাক্ত মাবু থাঙ্গৎপ ঙমজবোই। মীগি অফব উবগ হেন্ন থোইন কননব শেমগৎনিংব খুল্লাকপগুম্ব মীস্নু তরাগিলক্ত ইয়াও য়াওদবদি নত্তে। মীওই অসিবুদি ঐন পুকচেল চাওব কৌদুনা য়াইফ মঙ্গল পিজনিংই। মাগি ফত্তববু শিংথানব মীওইশিংদন অম্নুম হায়জনিংই—"নখোইগি নিংঙমদন মুঙাইজদব অদুবুদি শোল্লু। মীগি ফত্তবদুবুদি শিংথানরুগন্নু নখোইস্নু ফত্তব ওইরক্লনি।"

চীংনুরাগি ইমুংন ফিরাল মমাই চুমহুন অফব তানখংলকপ উবদ খুল্লাকপন হরাওজরি, কননবসু হোংনজরি। অহুবু চৈগারক্লিব চীংনুরাগি পুন্সিবু কল্লকপ য়াওহুন মাংহনগে নিংবসু য়াওরমদব নত্তে। চীংনুরাগি খোংথাং খুদিংদ থক থক নিক্লবী খুল্লাকপগি মচন মুপী অমসু লৈরমই। মহাক্তদি চীংনুরাগি মুংঙাইবন অন্নাব তত্তন ওইহল্লমই। করম্ন লৈপাল লিংঙ্গবী চীংনুরাবু থুদেক্তুন লৈমাইদ তাহনগদগে খনবত্তন মঙো ওইরবী ফনিংলানি। নোংম ফনিংলান মবুংগিনাক্ত লাক্তুন ন্নাকং লীশাং থারদুন, পিবুক ফত্তব উংলমই—"ইদোম ঙাইজরব নচন ঐনি, ঐগিদি কার তমদন ইবুংন মিরাইবিরে। অহুগ করি থোক্লত্রব চীংনুরা মাবুদি অফব চাওখংপ ওইননব করিগি শিনবিত্র? নচনগি পিবুক পিনৌই, পাইমন্নুংদ ন্নারৌই, হুইনাওবী মচা চান্ন য়োকপ নোংম লৈতোন লেক্লকপদ খংগনি?" মচনগি ন্না তারগ খুল্লাক-পন খুম্নকই "হে ন্নাখনথেনবী! পংইদকো ইবুংগি ফনিংলা। মী অমা শেম্বগ ইমুং অমা শেম্বগ মান্নবনি, ইমুং অমা শেম্বগ লৈবাক অমা শেম্বগ মান্নবনি করিগিসু মাংগদগে? উপাই লৈত্রবী মমা অসিন নাওশোন্নব মতৌবু উরগ ঐগি পুক্লিংন ন্নাই। নপুরোইব লমকেং লমহাইচাওব মাগিদি ঐন করি য়েংগনি? নংগিদি করি ন্নাংপগে, নবুংন শেমদব নত্তেন। ইফম শিন্নফম হায়রবসু নংসু পারি পোক্তবীনি।" মবুংগি থেমাজন-বগি চিন্থক্ত ফনিংলা খুম্ব ঙমখিদ্রে। মুমিং অহুমদি মাইথিরহুন ময়ুমদ হনঞ্রে।

মথংগি মুমিত্ত চান্ন অফ শাত্নন ফনিংলান পাল মাইবেন্ন লাইতং চোম্ন হাপ্তুন চাংমুবাদ চাও হায়ত্নন থিল্লকলমই। থাজদ্রব থোৌদোক্তুদ চীংমুবাগি পুক্লিংদ হরাওব ফাওথি। খব অমা থমজিঞ্জরে। খর অমন তুকান্দ য়োম্থোক্ল্রে। খুল্লাকপগি রোমদন কমদৌরি, খুল্লাকপন পামদ ফুমত্নন থম্লম্ব পাল মাই· রেলগি কোম অত্ন হন্দোক্লুনব হায়ত্নন, মমোমগ লোইনন চং- লুবদদি কোম অত্ন হন্দোকখিব'ম্ন। পাল মাইরেল অমত্তম্ন লৈরমদ্রে। চারগিদমক খক্লে থন্দুন থম্লম্ব পুন্ননক অত্ন লৈবমদ্রবদ খুল্লাকপত্ন মৈ হৌন শাওখে। হায়নি হায়বোই খংখিদ্রে। তৌফম খংদন শাওন শাওন ময়ুমদ হল্লক্লে। অম্মুম্ন শাওন ময়ুমদ লৈবিভৈব মচন মুপী ফনিংলা লাক্লুন "মংখিব পাল মাইরেলশিংত্ন তুকান্দ ওম্ন লৈহৌই" হায়ন তম্লরে। মত্ন তাবদ শাওবন মৈ হৌরব খুল্লাকপত্ন, 'তুকান্দারত্নবু চৈরাক পিগনি' হায়ত্নন তুকান তম্ন থুন য়াংন লাক্লে। মাইরেলশিংত্ন উবমক্তদ মাগিনি হায়ব খুল্লাকপন খংলে। 'কনান পুরকপগে' হংবদ, চীংমুরান পুরকপনি' হায়রক্লে। থাজদ্রব থোৌদোক অত্নবু মমাংদ তাররবদ খুল্লাকপ পুক্লিংদ ন্নারোব অমা য়াওরে। পাও অত্ন তারত্নন চীংমুরাম্মু মফমত্ন তম্ন চেল্লক্লে। চীংমুরাবু উরগ মুতিগি তরাম তরাম কৌরম্ব, হরাও মথোই কাজরম্ব খুল্লাকপদো ভসিদি চাংমুরাবু উরগ মমাই লৈথোকখে। মতৌত্ন উবদ চীংমুরাদি কিব অমম্মুং থগংপন ন্না ভাংকম খংখিদ্রে। ভাইহাক্কি মন্নুংদ মফমত্ন মীতন পিক থনখে। খুল্লাকপগি মচন ফনিংলাম্মু

খুল্লাকপগি মনাক্ত লেপ্পুন লৈরমই। ফত্রবী মাদি পামজব থৌদোক্কু থোক্লবদ মখুন্ড নিক্ল মুংভাইরি। খুল্লাকপন অশাওব থৱ ফাজিন্দুন ফজব ব্লাহৈদ হায়রকই—"ইচন শকপা চীংমুরা 'ঐগি লৌরব খুদিং নখোইগি ওইহৌরগদবনি' হায়খিবত্বু থাজদন, নংগি করি ব্লাত্তুন, করিগি কল্লক মিৎয়েং লিশাংখাবগে? নমান্নব ঙম্ন তিল্লে নংবু করিনি হায়খিগদগেনে?" চাংমুরান খুল্লাকপগি মখোং কোন্দুন, মরাল লৈত্রব থৌদোক্কুগি মরালবু পুঙমদন থমোয় পান হৌরকপ মি লুগি ইবেন্ন ইথুমগ্রে। ইকাই মুংশি য়ান্নহুন মিৎলু লাইজ শিন্থরকই। করিমত্ত হায়ব থোকখিদ্রে। ময়াম্ন মাবু হুরানবীনি হায়হুন মুরুম মুরুম ঙাংনরক্লে। চীংমুরাদি খুল্লাকপদ অমুক য়েং ফনিংলাদ অমুক য়েং তৌহুন হায়ঙম তৌঙমদন লৈরমই। মাবু তোল্লবীনি, কনা লৈজত্রবীনি খন্দুন অহুম তৌরিবনিকো নিংলুবদ থমোয় পুব ঙমখিদ্রে। খুল্লাকপন অমুক হায়রকই—"নবুংন নংগিদমক অস্নক হোৎনবসিবু, নংন করিস্ন মনা থাদ্রিববু নবুং নত্তে হায়হুন পাইম পিরোম্নব্রনে?" হায়ঙমদ্রব থৌদোক অহুবু হায়দোক্লুরগ করি থোক্লগদগে চিংনরব চীংমুরাদো ব্লা মচেৎ অমত্তস্ন ঙাংখিদ্রে। মতাংহুদ ফনিংলান মচিন্দ লাই তোংবগুম, অথিংব লৈতন হায়রকই, "হায়য়ুদন হুরানবী, লুখ্রাবী নংনস্নু কনা য়েংহুন নাপন কাব শারিবনো?" ফনিংলাগি অসিগুম্নব য়াক্লব ব্লাহৈশিংশিন চীংমুরাগি থৌনা হাপ্লগুম থোকখে। খুল্লাকপদ চিংন য়েংলগ হায়রক্লমই—"ঙসাই অয়ুক ইচেম ফনিংলান ঐগি য়ুমদ লাক্লগ, চাও হায়হুন পিরম্বনি।

নচনদি করিশু খংদেনে চীংবুরোই ... ... ...।" চীংঙ্গুরাগি ব্লাঙাং লোইফাব্রিভৈদ ফনিংলান চেনসিনলক্কুন চীংঙ্গুরাগি মশম ফোইরমই। উপাই লৈত্রবী চীংঙ্গুরাদি কিনিংঙাই ওইরবী ফনিংলাদ খুং হনব তৌদন, পায়খিব্রব শমত্থু লোথোক্লব হোৎনজ্জরমই। মচন ফনিংলাগি মশুন চপ চান খংলব খুল্লাকপনি। চীংঙ্গুরাগি লিচৎপুম্থু মমুৎ তান খংলিবনি। মহাক্ক চাংঙ্গুরাগি ব্লাফমত্থুম্থু চুম্ব য়াই হায়ন খল্লত্নুন মচন অনিন্থু খামদোক্লমই। ইকাইবন থুঙ্গৎলব ফনিংলাদি মাচন্দ মুরুম মুরুম শোল্লত্নুন ময়ুমদ চৎথে। কয়াদ ঙকথব তাইবং ময়ানো? হুরান্দব মীদগি হুরানব মীন হুরান্দে হায়বদ থোনা হেন্ন ফারব! মত্থুবুম্থু হোৎজ্জক সমাজ্জনদি খাজব ঙাম্লব।

ফত্রবাগ পুন্সদি ফত্তব মিংকুপ কয়ান লেংশিন্দুন শাগৎলি। মিংকুপ খুদিং থোংথাং খুদং মাগি ফত্তনব তৌবন মথোইগি মথোদাংনি। পুন্সাগ মিংকুপ খুদিংদ ফত্তব খবক অমত্তং তৌহোদ্রবদি ঙসি সংসারদ ফত্তব মাগি পুন্সন হিংত্নুন লৈব ওইথোক্তবনি। ফত্রব মীওইশিংগি অথাব মিংয়েংতন মালেম থক থক নিকহনব ঙম্লারি। ঙসিগি তাইবং সংসারদ মীওই মপোক ঐথোয়ন শিনি হায়ব কাওবগ লোইনন মশান মশাবু কাওথোকই। মশাবু তংশংব কনানো হায়ব খংদে। মসিমক্তন কল্লক-য়েংথিব অমস্থুং ফত্তব ব্লাখনগি হৌফম ওইরি। নং ঐ খৎনবদ ঐন খল্লি ঐন চুমই নংন লাল্লি; নংন খল্লি নংন চুমই ঐন লাল্লি। অনিমক্কি চুম্ব ওইথোক্তে। অরানব অমদি য়াওরে। অত্থুবু নংম্থু

নত্তে হান্নরে, ঐশু নত্তে। অমুন্ন ইশান ইশাগি অরানববু উত্থন ঐগি ইরাল লৈরব মীনি হায়বত্থু খংনদে। মরমদি মীওইবগি মশাগি অশোইবব উজনব শক্তি ল্লাংলি। করিগুম্ব ইশাগি অরানবত্থু খংলবসু উদে, উদবত্থুতন ঐন নংগি নমাংদ লেপ্পুন নংগ খংনব ওম্ন বনি। মুল্লাগি অরানববু পুখোকপিরকপ মীওইবু য়েক্লবনি খল্লি। অসিগুম্ব মীওইতন থল্লব সংসায় ঈপাক্ত, য়েক্লববু মরুপনি খনব ওম্বশিংবু অশংব অতিয়াথক্ত মুমিং থাগুম্বনি, ভাংন কংলব মমল য়াম্লব শিদত্থিদাক্তুম্বনি হায়জনিংই। মখোইগি পাওভাকি ল্লাহৈ মরিক্তন ফত্তবশিংগি থমোয় ঈংনিংভাই ওইগনি।

খুনগি হয়াওব লোইব মুমিংনি। খুল্লাকপগি মোল্লাংখাদ চেৎন চান্ন থমজব, মনি মুক্তান থাল্লব সনাগি লিক্লাং পরেং অমা লৈরমই। মত্থুতন খুল্লাকপা মাগি-পুন্সি লৈরাং পরেংনি। য়েলহৌওদগি লৈরক্লব, খুল্লাকপগি পম্বোন থল্লম্ব লিক্লাংনি। হান্ন লৈরম্ব ফিভমদগি মহাক্ল তংখাই হেন্ন হাপচিনলব কক্তরব পরেংনি। ময়াম হয়াওবগি তিম্নরম্বদগি লোইশিল্লকপদদি, লিক্লাং অত্থু খুল্লাকপগি মোল্লাংখাদ লৈরমম্রে। খুল্লাকপগি পুন্সি লিক্লাং মাংল্লবদ, থমোয় শোক্ল ল্লারে। খুনবুম থুংন কোইত্থন য়েংই উদরে। ফন য়াম্ন থিরে অত্থুবু ফংব কৌব লৈখিম্রে। খুল্লাক-পদো মশান চেকশিনহৌম্রব অত্থুগিদমক নুংনাংলমই। লিক্লাং-ত্থুগি মথল্লাই ল্লাবন খুল্লাকপ মচিন্দ চয়াগুন ভাখিম্রে। নোংম নোংমগি শোম্জিল্লক্লে। মত্থু উরগ খৌইদোক্ল চীংমুরা মথল্লাই ল্লাম্রে। তাইবংদ খুল্লাকপ মান মঙ্গল্লবদ মাগি খোংথাকম

লৈরম্মরোই, মমা মচাগি চংজকম কনা লৈররোই। মচুন মাগি নিংব কাস্থুন মপুরোইবগি নিংব আশা থুংলরোই, রাজবন চাংমুরাগি মথৌ ওইম্রে। অহাওব অমত্তংবু লৈরবদি মবুং খুল্লাকপন চাব য়াগদ্রে হায়থুন খুল্লাকপগি মকাদ হেক হেক পুরক্লমই। অহন ওইরকপগি মরমনে, থল্লাই মুংঙাইতবগি মরমনে, অনিমক্ক ওত্তন খুল্লাকপদো হায়নিংঙাই লৈতন শোঙ্গিল্লক্লে। চৈশুগি মতেং লৌত্রবদি য়ুম্লোন লায় চংপ রারক্লে।

মোংমগি হুম্মিংনি। খুল্লাকপহু চৈশু অমা পায়রথুন চাংমুরাগি ময়ুমদ লাক্লমই। শরংন মঙোন্দ থারকপ চিঠী অমবুন মথুং ওইন চেক্লেং পায়শিল্লমই। চিঠিগি মরোলদি মহাক্ক পাথোক্তুন হায় খংজবনি। মহুগি অপৌব মরোলদি অসিনি:—

"ইপা খুল্লাকপ নকুম থুপ্প থাংজরক্লে নশেগাদ হিংজরক্লে। ঙসিস্থু ইপানি ঐগি হায়জকম। ঐগি অরোইব পরিক্ষা থা অনিদ ঙাইরে। য়াররদি খর থুন লুপা চহুমদ নচাগিনাক্ক থাবিরকউ। পরিক্ষাসি হেক লোইবগ নচাস্থু থোকচরক্লগনি। ইমাদস্থু ঐগি পাওসি তম্বিয়ু।"

চিঠি অহু পুশিন্দুন খুল্লাকপন, থোং ইহাং হাংদোক্তুন লৈরিব চাংমুরাগি ময়ুমসুংদ চংপ্রে। মতমহুদ চাংমুরাদি হুংশা মৈশালক্ত থবক শুরুবগি রারথুন নিঙাইদন ফমুংদ য়াতাম্থুন লৈরমই। খুল্লাকপন চাংমুরাবু "হোগংলু, নচান চিঠি থারকই" হায়থুন হৌরোক্লে। চাংমুরাস্থু হুরাওন হোগংলক্লে। মবুং খুল্লাকপগি কিদা থাগে - য়থুন চাংগুরান কাল অমা পায়রথুন খুল্লাকপগি

মনাক্তে ফালহু হেক থাবমক্তদ, খুল্লাকপগি থা কয়াগি মমাংদ মাংখ্রব সনাগি লিক্লাং অহু চীংঙ্গুরাদগি খুল্লাকপগি মাংদ পোপ হেক তারক্লমই। অঙকপনি কমদৌন তৌরগ্ব থৌদোক্নো। মহু উবদ খুল্লাকপহু ঙকপল্ল খম থেংখ্রে। লিক্লাংহু পায়খৎলহুন চৌংঙ্গুরাবু মুম্ন য়েংলক্লে। চীংঙ্গুরাদি থোক্লিব থৌদোক্তু মঙলগি হেম্ন করিমত্ত ভাব তাব ঙমখিদ্রে। তুমিম্ন উয়ুংগুম লেপ্লুন লৈখ্রে। অহল ঙইরব খুল্লাকপদি ঙক্লব্দ্বদাগ শাওরক্লে। শাওবন মৈ হৌরহুন চীংঙ্গুরাবু চৈ-থাংব হৌরক্লে—"হৌজ হৌজ নংগি হয়ান চিঙ্খিগি থৌদোক কয়া থোকখে মহু খিবিকপু, ঐন নংবু ঙাকপিখিবনি। হুইনাওবী মচা চাল্ল য়োক্লগ লৈতোন লেকই হায়ন ইচন ফনিংলান হায়খি, অহুবু ঐন থাজক্লদে। ঙসিদি থাজক্লদবহু-তন নংগি তমথিরব লৌনম লাংদ ঐবু ফাজিনলম্নে। থাজব্রবী নংগি মুপীল্লা ওইবীগি থমোয়দ অসিগুম্ব মক্লব কাল্লি চুরমগনি হায়ব মঙদম্নু মঙলুদে। নংগিদমক্তনিবু হায়রবদি অল্লাবখিবিকপু মুংঙাইবনি খন্দুন হোৎনখিবখিবিক নংগি কল্লকপগি ল্লাখনহুন উৎ ওইন মাঙহল্লবনিকো। তমথিরবী নংগি থৌদোক মচাসিন, চাওরব নংগি শমাজগি মুপা খুদিংবু লৈখা তাহনগনি খংব্রা? মহুতন নংগি পেনব্রনে? সে নচাগি চিঠিনি। চিকল্লি খংলব লিলবু থমোয়মুংদ ঐন হম্ন কোনব ওইথোক্তে। নশক হম্ন য়েংলোই।" অসি হায়রহুন খুল্লাকপন শরংকি চিঠিহু হুন্দোক-লল্লগ চৎকে থৌরাংখে। উপাই লৈত্রবী চীংঙ্গুরা মঙদম্নু থোক্লরোইদব থৌদোক অহু কনাগি খুজিম্নো খম্বব তৌদন মক্লুং

খুল্লাকপগি মখোংদ তুশিন্দুনা কোল্লুনা কপ্লক্লে—"পুকচেল চাওরব চাংবুরোই, ঐবু কাওথোক্কে হায়রবস্থু কাওথোকপিয়ু; নেংথগে হায়রবস্থু লৈমুংচংনব নেংথবিয়ু, নচা শরংতদি কাওথোকপিগনু মাস্তদি খুল্লাকপা নকাদ শ্রিম্মজরমগে, চংজকম পিরবিয়ুনে চাংবুরোই। উপাই লৈত্রবী নচন্নি। অপংবী ঐনি। তোল্লবীনি, ইবুং নত্তন সংসারদ কনা লৈত্রে থজ্জরবী ঐম, নফমদ অস্থুব ইশ্বাল করম লংজগনি? ঐদি কবিস্থু থংজদবী মচন্দুনিনে।" অস্থুক কুইরবসি অরানব লিচং লোইনজরক্কু বী চাংসুরানি। মাগি মাসি চুম্লম্বয়াই। অত্তু ওইরবদি ঈশ্বরন শুম থোকউ ত্তমখিত্তুন হুরানব অমগিদমক মতেং পাংখ বোইকো! সুমিং অত্তুদ নত্তন অতোপ্প মুমিং অমদ হুবানবন এথৌ তৌরম্লবদি, চাংসুম্লাস্থু হরাওরমগদবনি। অহব কপ্লদা! শাওগন্দব খুল্লাকপন শাওখ বদ চাংনুরাগি কপচ রাহেন করিস্থু নাচুংখিদ্রে। অহোঙ্-নত্তুম শাওন হায়রকই—"করিগি নংবু ঐগি ইচন! করম্ম ওই-রিবনো? ইকাইব নাইত্রবী নংনস্থু লৌনম তৌত্তুন নরালবু লৈংকে হোংনরিব! হুবানবন করিগি মশাবু দন্দি পিজগনি? শিরমদাইদ ভাকপিয়ু হায়গব ভাক্তনি। ঐ থংত, পুম্নমক উই। পুকফত্রবী নংন ঐবু শান্নব, কৈদৌম্নুংদ ওইথোক্লরোইদব মওনি, মসি কাওগনু। থাদোকউ, ঐগ খোং কোনগনু। পাপকি থৌদন থল্লব নরক্কি মশক ওইরবী নংগ শোক্ল শম্মহুন ইশান ঐগি পুন্সিবু নরক্কি মশক লৌজব ঐ ভস্লোই।" অসি হায়রত্তুন চাংসুরান কোল্লিব মখোংহু শংগুাক্রব শাওরব খুল্লাকপন হোংনরমই।

অদু ফাওবদ থাদোকপ লৈতন চীংঙ্গুরান হায়রক্লমই "নচা শরৎকি, নংতন খাখিব উহৈ মমুন ফাগদোরেনে, মাবু য়ৈথংপিদুন তুমিৎকাংগি চিঙ্গাক: ওইহনবিরগনু। নচাগি মপান চাদুন ঙ্গুংঙাই হুংচিৎ লাংবিহৌখোনে চীংবুরোঁই।" হায়ফম থংদন শাওথ্রব খুল্লাকপদি শাওগ্রবদ হন্দব, শাওদি শাওগন্দব মীনি। মান মরাল লৈরবীনি খল্লবী চীংঙ্গুরাবু ঙাকপিনব থোজাল অমত্ত মতাং অদুদ পৃশিনলকপ ঙমখিদ্রে। "ইকাই খংদ্রবা ফন হায়দুনস্থু, মরাল লৈরব মীবু খুল্লাকপন ঙাকপিদুন পাপকি থবক লংজবদো ওইখোক্তবনি। ওক্ত্রবী নংদি হৌজিক্ত অমুত্তাপকি মৈশা ফংলদুন খাংঙমদ্রবদ, নথয়াইবু পাম্মুদব শাশিন্নদুন, মীনম্বগি মৈথু থাদোক্লগ নরাল লৈতব শাশিন্নগে খল্লি, মদু ওইখোক্তবনি! মীহাংপী নংগুম্বদি ইয়ুম মোংব ইরালয়াইদ থোংজিন য়োন চংহন্নিংদে। ঐগি ইয়ুম মাঙ্গোলথক্ত লমকেংপী নংগি খোঙ্গুল হেক তাব থোক্লবদি খুল্লাকপগি ইতিক খংগনি! নংগি লাইর থাংপোকশংদস্থু ৱাঙ্গোই পুংজা ফান লৈনিংদে।" অসি হায়রম্লগ খুল্লাকপদো মাগি মাংলুবব পুন্সিগি লিক্লাং অদু পুরদুন চৈগু গুর গুরদুম নিংথাইগদৌরব থমোয়বু, থেম নৌদুন কোল্লগ মরালয়াইদ হনগ্রে। উরিগ পাংথক্লরবা ঙপাই লৈত্রবী চীংঙ্গুরাগি পুন্সিনি। য়েংনফম উপাল উরদুন ৱান ৱান উপ্রাক্লন শিত্তুন লমথুংকমতবু য়োরবদি হায়দুন অৱাব কয়া থাংজরক্লবীনি। অদুবু য়েংনফম উপালগি মনাক য়োরমদাইদ উপাল মরু ফুকগ্রবদি, কনাদ কাগে নিংগদৌরিব! থংহৌদন থোকগ্রব, নিংশিং নিংশিং

কপ্লিংঙাই ওইরর, পুম্সিগি খুদোংখিবনি। উপাইলৈব্রবী মান মচাবু করম উপ্রাই তৌমি থংব্রবীনি। খুল্লাকপগি মীচৈতন, ডনিক্ক পুঙমত্রব থমোয়দ থং থং পাল্লরিব, মহুতন শোল্লবী মাগি থমোয় লৈকান লৈমন চল্লিংঙাই ওইরম্রি। তৌরুব খুদিংবু অরেম্ব ভাম্নরি। খুল্লাকপা মাতগি মপান অম্বুক য়াম্ব থৌদাংবু ইকোম কোম্ন লৈরানবক্লবনি, অত্তুবু পক্ষিরমদাইগি মতমদ নিংথাইরক্লি। পনলু ঙাবসি ঙাকঙমদ, মাংদ চোং কল্লুন শান্নরিব ঙাবু ফাসি ফাঙমদ, ফুব নরবী চৌংমুরা লৈমাইথক্ত রাম্ন্তুন তুখে, অসিব- শুম তাখে, উতুপকুম লেংখিব্রে। মতমত্তুদ চীতমসনা কোইক্ল বদগি মমুৎদ হল্লক্রমই। মমাগি মতৌ উবদ, করিনো থংব্রব চীতমন নমাগি মশা পায়তুন 'ইমা·· ···ইমা ·· ···' কৌহুন মশাবু হোদোকই। শুকথুম খুয়ক্তবদ মবোক্কীনাক্ত চেল্লক্লে। মমাগি থৌদোক খিবিকপু মবোক্ত তমলুরে। মুমিৎ শিংবুম কয়ানি শোল্লরুব মবোক্ল ঙমদ ঙমদ মমোমগি নাক্ত চংলক্লে। মমোমগি মতৌহ্ন উবদ ঙকপন থম থেংখে। মঙ চীতমবু থাহুন, লৈকাইগি মী কৌহনমুহুন ঈশিং চাইব য়াওনরে, কাম- থবম্নু য়াওনরে। ঙাইহাক্ল পুক্লোই লৈরগ চীংমুরা মীরোল তারক্লে। থর লেংব হৌগংলকপদ হায়রকই "খুল্লাকপ ইবুং, করিম্নু থংজব্রব নচল্লি। লিক্ত ঐঙোন্ন করম য়াওরম্বনো, ঐদি থংদেনে।" মাগি রাইহেশিংদগি অরাকপ মীশিংন তৌরল্লিব থৌদোক্ত, খুল্লাকপগি মাংথ্রব লিক্লাং অত্তুগ মরি লৈনৈ হায়রব থংলমই। মাগি রাত্তু তারগ খুল্লা পাথং অমা খুল্লাকপগি মমুব

তম্ম চেনখে্‌। খুঙ্গা অসি অতৈ কনাস্থু নস্তে, শরৎন ষণশেমবদ ষণন লৌ চাখি হায়ত্নন শাওখিষ, শরৎ মমা মচাবু খিন মীয়াংদ ফুখিব মঙমনি। ময়াল লৈত্রবী চীংঙুরা মাগি মকমদ মমাংঙৈগি মতমদ চৈনা ফাওন ফুখিব, করিস্থু থংত্রব শরৎপু মখুত্ত চৈ থাখিব, অত্থুগ ওসিমকস্থু ময়াল লৈঙত্রবী চীংঙুরাবু হুরানব শিবিব, পুম্মক খল্লবদ, অনুতাপকি মৈরিন চাক্লকপগি মৈশাবু অমুক হন্ন থাংব ঙমখিত্রে! অনুতাপকি মৈরিলক্ত চীংঙুরাগি নীংঙমত্রব পিরাংতন থাওগি মশক লৌন মঙমগি মথক্ত তারর-বঙম, পুকচেল থারব মঙমগি পুকচেল ওনখে্‌।

ঈশ্বর মাগি লিল্লাদ ময়াল লৈতব মীদ ওৎপিব মীবু অমুক্তংদি অনুতাপকি মৈরিলক্ত হুঞ্জিন্দন তোক্তে।

চীংঙুরাগি অল্লাবগি তেংথাদ, তাখিব পিগি ঈরিকশিংন কল্লব মঙমগি থমোয়বু চামখোক্লি, তোইন তোইন। সতিগি মীপোকঙম্ব শেংলব পিরাংতন শোকপদ মঙমগি থমোয় থোৎ-খিবনি। মদোম কল্লিংব ফাওখিবনি।

মঙম য়োরকপগ খুল্লাকপন হংই, "করিগি তহা তহারিবনো মঙম?" মঙমন থমোয় শোক্ল খুমই, "খুল্লাকপা চাংবুরোই, তোল্লব মঙমবু ঙাকপিয়ু হায়ন খুয়াথাদ নিজরি।" থাজত্রব মঙমগি ন্নাহৈন খুল্লাকপবু ঙকহনখি। খুল্লাকপন হায়রকই— "করি মরমগিনো মঙম?" হিক্ল, চাক্লব খোম্হোক্ত মঙমন অমুক হায়রকই, "তাবিষ্ণু ঐগি মপুও। লাইরলুখ্‌। ওইহৌরবী, মচাগি-দমক্ত পিরাং তত্তন থকচয়রবী, পিদোল্লবী চীংঙুরাদো সংসারবু

কাওথোক্কুন নিংশিংব লৈতন য়াম্নহৌরে। উপাই লৈত্রবা মাদি খোইয়ুম্বনস্থু ইম্ফোকপিরে, লোইয়ুম্বনস্থু থৌজ্জানবিত্রে, চীংবুরোই মানস্থু মুংশিবিত্রে ........।" খুল্লাকপন মরক অতুদ হায়রকই, "হুরানবা মাগি পাও পুদুন, নপাও তম্নগ ঐবুস্থু পাপকি লম্বীদ হুম্মগে হায়ন পংলব মওমন থৌরাংব, ঐবু য়াও অসিরা ?" মরালতবু পুক্কব ওমজ্জব মওমন মথাত্তান হায়জরকই, "থৌনাকব চীংবুরোই তাইব দ কনা লৈত্রবা, মরাল লৈত্রবা চীংনুরা মাবু, হুরানবীনি হায়বিগম্মু, মহুতন পাপকি মশক্ত হেন্ন লংশিনবনি।" "খংলে নংস্থু ওইদববু মীনম্নগ অওইব শাহুন ঐগি মাইদ উং চাইশিন্দুন মিং তাংহনবিগে হোংএরি! মহু ঐন ওসিলগি য়াব ওমত্রে। হুরানবীগি লিচংতন য়োল্লবা, সমাজগি মুপা মপোকপু চেম্থহনগে থৌরাংলিবা ওক্তুবা লমচং নাইত্রবা লুখাবা মাবু, ঐন হৌজিক অন্নাংব থাক্ত ইথৌ শিংন থাঙ্গংপ ওইথোক্তবনি। চংলু মওম অহুপ্তম্ব য়া তাহল্লগম্মু অনিরক হুম্ন"--চীংবুরোইগি শাওরব য়াডাংনি। মওম মশাগি মরালবু পাক মায়দোকপ ওমখিত্রে। খুল্লাকপগি মখোংদ তুহুম হুম্ন হন্ন কপ্লক্লে, "ঐবুদি তাথি য়াহৈ কয়ান চৈখিয়ু, অহুবু মরাল লৈত্রবা চীংনুরাবু অথি য়াহৈন চৈরিত্তুন পাপ লংশিনবিগম্মুনে চীংবুরোই।" শাঙ্গবন মৈ ছৌরব খুল্লাকপা ঈ কাবে। মওমগি অরোইব য়াডাং তাবন "করি হায়ব ইকাই খত্রব শা? শাদগিস্থু হেন্ন তোল্লবা ওক্তুবীগি পুন্সিবু চৈবন মপাপ কোক্লিংডাই ওইগনি খনগেদি হায়দদন, পাপকি মশক্ত লংশিনগনি হায়ব! নয়াহৈ তাবদ ওক্তব ওমজে।

হায়য়ু করিগি পাপকি মশক্ত সংগদৌরিব, করম্ম মান মরাল লৈত্রবী ওইগদৌরিব? মরম খিবিক চুম্ন হায়য়ু নত্রবদি নহাকপু চৌংমুরাস্থ য়াওন খুঞ্জামাংদ ইকাইব পিগদবনি।" পাপকি থৌতন য়োমখিবন লুম্নব, খল্লুবদ তুজুংনিংঙাই ওইরব, লূরব তাংকম কয়াদ কাংথোকখিত্রব মঙমগি হুরান লিচৎ, ঙসি চৌংমুরাগি পি মরিক অমগি মগুণতন হায়দোকহল্লি। মহাক্ল হায়রকই "খুল্লাকপা লিক হুরানবত্থু লাঞ্জত্রবী চৌংমুরা মহাক নত্তেনে। পাপচেম্নব পংলব মঙম ঐনিনে।" খুল্লাকপন অমুক হায়রকই, "মত্থু করম্ন ওই-রিবনো? ঐ থাজব ঙমদে।" মঙমন মাগি হৌখ্রব পুন্সিগি লিল্লা মতেক খরবু মথং মথং লিথরকই, "নোংম খুল্লাকপ নরান-য়াইদ খুঞ্জাগুন তিনখি, মুমিৎ অত্থুদ খুল্লাকপা নহাক্ত মোল্লাং-খাদগি ফজন নিংখিজরব লিক্লাংবু ঐন থেংনক্লরে। ঐগি থমোয়গি কলক ঈথিল ঈরৈন কনখিবন লিক্লাংত্থু চৌংবুরোই নহাক্কি মোল্লাং-খাদ অমুক হন্ন থম্নম্ন ঐন ঙমখিত্রে। কনা ঊহন্দন ঐন লিক্লাংত্থু পুরক্লে। নহাক্কি থিগৎপ কনবন মরম ওইত্থুন লিক্লাংত্থু কনাগি মাংদ ঐন পুথোকপ ঙমত্রবদ, মত্থুবু ঐন শিঞ্জম্নব ঙমত্রে। অহোইনন চেৎন চেৎন লোত্তুন, লৈম্নুংদ কয়া ফুম্নরে, উতোন্দ কয়াস্থ য়াল্লুরে। মমৈখংদদি লোৎকম লৈরক্লে। ঐগি থল্লাইন চৌংবুরোই নফমদ শিম্নরুনব তত্তন তকশিল্লকই। অত্থুবু কদাই ঐদি লিক্লাংত্থু মী অমগি মমাংদ পুথোকপ য়োন ঙমত্রবনি। কবম্ন খুল্লাকপা নফমদ শিম্নগনি? চৌংমুরা মহাক্কি খুল্লাকপা নহাক্ল লুম তৌজবীনি। নংগি থাজবতন য়োমত্থুন হিংলব মাগি

পুন্সিনি, হাষ্নব ঐ থংই। মঙোন্দ পিরগ খুল্লাকপা ননাক য়োৎহনগে নিংথৌ চীংঙুরাগি ময়ুমদ ঙসি চৎলুই। অত্তুবু মাদি মুঙাইন তুমখুন তানলমই। মতাং হেন্না চারে, মাগি তুম্নস্থ ঐগিদমক অক্ষবনি হায়ন তমথিরব পুক্লিংন নিংলুতুন, মাগি ফিরৈদ তুমিন্ন লিক্লাংতু ঐন য়েপশিল্লম্নগ মপান্দ তুমিন্ন থোরক্লে। মত্তুগি মতুংদ করি থোক্লব ঐদি থংদ্রে। শোইমু শয়োম পাইবগুম, ময়াম্ন চীংঙুরাগি ইমুদ চেনশিন্নাথব উপদ, চিংনবব ঐস্থ করি থোক্লবনো থংনিংলুবদগি চেনশিনলুরে। মতাংতুদ মহাক্তি অসিবগুম ব্রাম্হুতুন জ্ঞান তাদন লৈরমই। মহাক্ত জ্ঞান হক তারকপগ 'খুলাকপা ইবুং করিস্থু থংজদ্রগী নচম্নি, লিক্তু ঐঙোন্দ করম য়াওরম্বনো ঐদি থংদেনে' হায়রক্লমই। খুল্লাকপা চীংবুরোই মমা মচাগি মফমদ লানঞ্জব ঐগি ইরালগি অম্নুতাপতন চাক্লব থমোয়গি মৈশাসে থরতং কোক্লনব ঐবু চৈরাক পিবিয়ুনে।" চংজরক্লব মীবু ঙাকপিবগি ব্রাথস্তন থল্লব মীঙুংশিগি মপু ওইরিব খুল্লাকপন মঙমগি পুকচেল শেংলকপ লমচৎপু থাগৎপ নত্তন চৈরাক করিস্থু পিথিদে।

মরাল লৈজ্রবী। মীবু ওংপ হৈজদ্রবী চীংঙুরাগি মফমদ লংজখ্ব মরাল কয়া চীংবুরোই মাস্থু উরক্লে। করি মরমগি মরাল লৈজদ্রবী, পাঙ্গল শোল্লবী চীংঙুরাবু অত্তুক তমথিব ব্রাহৈন চৈরুবনো, খল্লুবদ খুল্লাকপগি থমোয় তনিক তনিক থাংক্লে। চোৎলব মিত্তগি নিংঙমদ পিরাংন অরেপ্প লৈতন তারক্লি। থোক্লৈ থুন চীংঙুরা 'নাক্ত থোংদোইরক্লে। চীংঙুরান মবুং উবয়তুদ মথোংদ

তুরহুন কপ্পগ হায়জরকই, "ঐগি ইরাল ঙাকপিয়ুনে ইবুং। উহৈ মমুন ফারমদাইদ, করিগি হৈপাল য়ানগে থোৱাংব্রনে চীংবুরোই। ঐদি সুপ্পতগি মাবু নথুক্তগি মাংখিনি শংজবতনিনে।" চীংমুরাগি থোৎলব ৱাহৈগি মুংশিবতন শুক্সাংগ্রব চীংবুরোইন, চীংমুরাদগি মথোং শঙ্গোক্লগ মচনব, হৌগৎপরে। কপ্লহুন হায়-ৱকই "চীংমুরা, ইচন নংসে জগৎকি মমানি, নংগি লমচত্তব, তমহুন তাইবংগি মুপী খুদিংন চংন শ্বর্গ কাব ওইসমু। খংদবন লংজরুরব, নরাল লৈত্রবী নফমদ চৈখিব ঐগি অথি ৱাহৈ খিবিকপু নচানি খন্ন ঙাকপিয়ু, য়েক্লবনি খন্ন ইম্বোকপিমুকো ইমাশকপী জগৎমাতা।" চীংমুরাব লাইকন্নবশ্ব মী খুদিংন অমগ অমগ মঙক ইন্নরহুন, 'করিনো করিনো' হংনবমু য়াওর। অথংবন চীংমুরাগি লাঞ্জদ্রবী, মীমুংশিতগি ঈচেলন পুন্সি লৈরাং পরেং শেমগ্রবী মাগি মগুণব কিন ঙক্ল থাগৎনরমই। অফব নংতদি মমৈদ মঙ্গলত ওইয়ুকো পুকক্ষবী মমা।

চীংবুরোই খুল্লাকপন মচা শরৎকিদমক শেম্থোই, হাপ্প লুপা চামঙা থাজিনখে। মান ইখিব চিঠিগি মৱোলদ হায়খি—"ইপাগি শরৎ থবক্ত মাই পাকহল্ল, নংতগি অশাতন থুম্মংলব ঐ অমদি নমান ইচাগি মঙ্গলগিদমক ইবুংঙো মাগি খুয়াখাদ থৌনিজব লেপত্রি।"

মুমিৎ কয়ানিমুক হোৌখে। ঙসি শরৎকি ট্রেনিং লোইরহুন ময়ুমদ থোরক্রদব মুমিৎনি। অৱাব অমন ৱাহন্দুনমু মুঙাইব অহুগিদমক্ত কনান মিকুপ অমত্ত ওইরবমু মুংঙাইরোই হায়ব

ঙম্বগে। চীংম্নুরান মমা শিখিবগি ব্লারবম্ব মচাগিদমক্ত হুঙাইতব ঙমদে। অয়ুক্কি মতমদ নোংপোক্কি চীংলোন কয়াগি মরুমদগি হুমিৎন তরং তরং হুন্দোরক্লি। শরৎকি যাত্রা হুমিত্ত পিরাংগ লোইনন কাইনখ্রবম্ব ঙসি হরাও মোমোনগ অমুক উনররে। চীংলোন কয়াগি কারক্ত অয়ুক্কি লৈচিলন পরেং পরেং, ফুম্ন ফুম্ন লৈরি। মতুবু নক্ষৎন কোরৌ য়োইময়াই মশেক্ল মালেম লৈশেং-দোক্লরি। চেক্লা তম্না কয়ান অমম্ব অহিংগি লোইহৌদ্রব শৈরোই কয়া তপ্ন ইংন ঙাল। মুংশিরব খোঞ্জেলতুন, চীংমাই নাপোম খুদিংদ ঈপোম নাইন, খোম্বাং য়ৈন লাপ্ন পাপচেল্লবশিংবু তারু-সম্নু মতাগুম চেনখি। ঐন অম্মুম উরমই। নহাকম্নু অম্নুম পাবিয়ু।

শরৎরাজ ইথং থংহৌদন য়াংন থৌরকপ জীব অমদগি চাওর চাওরব পোংয়োম অনিগ লোইনন কুমথরক্লে। মখুত্ত সনাগুম লংন ফজরব চৈশু অনিখক পায়রমই। অমন শোল্লবী মবোক্কীনি অমন শোল্লম্নগনি থল্লব খুল্লাকপগিনি। মাবু উবদ পুক্লিং মুংশিন চীংম্নুরান তেংথাজরমই, "পোইরৈ তাম্না পাইরুব মরমওকপ ইচাও লাকও ইমাগি তম্পাক্ত পম্নগে।" ব্রাহৈসিগ লোইনন চীংম্নুরান মিত্তগি হরাওবগি অরোইব পিরাং শিম্নরকই।

শরৎন কোইয়েং য়েংই, মথং মথং উরকই শোরমী, শোর-মীগি মমা, খুল্লাকপা অমম্নুং মাগি মমা। পুম্নমক্ল থৌরাংন ওক্লব মিৎয়েংদ মাবু মুম্ন য়েংহুন লৈরমই। শোলহৌরবী মবোকপুদি উদে, পিকহৌরিবা, মরাইবক যিরবী মচনম্ব ম্নাওরমদে। খুদিং-মকপু শরৎন খুরুমজরকই।

ময়োম খিবিকপু পুরহুন ময়ুম য়ৌরক্লে। মপা খুল্লাকপদ নোঙ ব্লাহৈগ লোইনন চৈশু অমা শিন্নরক্লে। ময়োম ফাক্তোক্লহুন মপা চীংবুরোইগি তম্নকপ খুদিং শিন্নজরে। অহুক কুইন ব্লারি কয়া শাহুন নোকমিন্নরব, পুরকপ কয়াবু য়েন্নহুন চামিন্নরব অহু ফাওবদ মবোক মচনগদি উত্রি, চৈশু অমহু পায়খৎলহুন, মবোক্ল হুমিৎচুপ্পগি চানিংই শোলহৌব জিল্লিবীগি ময়োম অমগ পায়রহুন মবোকি নাক্ত চৎকে তৌরক্লে, হংলকই-"ইমা ইবোক্তু নারব্রা; ময়ুমদ লৈরমগদ্র, ঐবু ওক্লত্রিব করিগিনো?" কপ্পতন মশিঙ্গাং ওইজরবী ব্লাবতন মশরুক তম্নক্লবী চীংমুরান, থমোয় ঈক্লুন্নন খেংলকপ চাক্লব চৈথেংগি চৈনাখোনবু নঙ্কৎতুন, হায়রকই, "নংগি নবোক্তি ভরাংত ভাইরি, ইবুংভো মাগি খুয়াদ, পুন্সিগি য়াহিপ তানখিব।" মমাগি ব্লাহে তাবদ শরৎ, তোংশা খুদিং তিন্ন চিক-থৎপ্রবগুম, শিংলি খুদিং পত্তুন মাংখবগুম, মশাপুম্ব হায়কম খংদ্রব চৈনা অমা ফাওরক্লে। শোম্বাংনন হায়রকই, "মাগিদমক্ত তমজন লৈজরক্লব মশুগি খুদোল, চৈশু অসি লৌখিদ্রব! কোপ্পব খদাংম শাইওমদ শাইওমদ জিল্লিবীবু শাইরগ য়োংশিনবহু মশুবু অমুক উহনবিদ্রব।" মসি হায়রম্লগ চৈশু থাদোক্তুন মমাগি মতম্বাক্ত শরৎ তুখে। ও খংই, মুংশিব মুৎলবদ ব্লাখনমু মুৎ-প্রবোই। শোরমীন শরৎকি মকোক্ত ঈশিং হৈথরি। খুল্লাকপন মশা নমহুন লাকথরি। ভাইহাক লৈরগ মমিৎ খজিক খজিক পাংথোরক্লে। খংহোদন হায়রকই, "ইবোক নংন নশুবু মুংশিবি-দ্রব্র?" শরৎন অকোইবদ কোইয়েং য়েংলকই; মনাক্ত লৈরম

থুদিংনা মাঙ্তগি কুপ্লুন দৈনরমই। মহাক খ'হৌদন, মাগি মখাই অনিদ চেক্লেংন প্যায়রিব মচনগি মখুং থেংনরকই। হন্থন য়েংলহুন কৌরকই, "ইবুংগি চীতম, নংদি কদাইদ চৎলুরে?" মতম কুইন থাদোক্লখিহুন উত্রব মবুংগি শক্তম য়েংগে খন্ন উত্রব, মিং অনিমক তাংখ্রবী চীতম থুক্ষম খংখিত্রে। মবুংগি মমাইদ পায়রম্ব মখুং থাদোক্লে, মমাই লৈথোকখিহুন মশাগি মরেংক্লুমদ চিক্লন মাগি মৈচাকপু থাংলমই। মহাক্ন খংহৌদন হায়দোক-খিরমই "তামো নচন্দি নংগি মুংশি চেংঙৌ উব ফংত্রে, করম্ব মতমদ নংগি চেংলৌবু উক্তহুন ঐগি থমোয় ইংহনগদগেনে, তামো?" মচনগি মিং অনিমক তাংলে থংবদ শরৎ হুকচাং শিন্থুংন হুম্যাংতন চোংখে। নিংওমদন হায়রকই, "ইচনগি মিংম্বু তাংলব!" মমাগি তম্বাক্ত মোনথাংনন হিপ্লম্বদগি শরৎ হৌগৎ-লক্লে। তোইন কপলুরবগি তুংদ থোনা ফংখে। 'ইচনগি মিং হায় ফনব হোৎনহৌগে, কোম কপকে' হায়হুন মাগি থমোয়বু থেমহিল্লরমই। মুমিং অদু অন্না মুংঙাই য়াম য়ামন হৌখে।

পিক্রিক্লেদগি, মমন তোল্লক্লে থন্দুন শোরমীগিদমক থুমোল ওইন মচনবু শেমক্লখ্রব নাচোমনি। অদুবু লৈনম মাওনব চেরৈগ মাম্নর চীতম্ব শোরমীদ শিম্নরগ হরাওগত্রনে শোরমীবু? হৈন্নর মথোনা থিক্কিক পুক্লথাক্তন মচনগি তাংলব মিং অদু লাইয়েংব হৌরক্লে। নিংখ্রব শরৎকি মরুপ মুংশিবগি মাথন-সিদদি তগৎহনসিব হে খোইমুম!

লাইয়েং তোইব অমম্বুং শরৎকি মরায়বক ফবদগি, মতম

থম্ম লাইয়েংগদা মতুংদা চীতঙ্কসনাগি মিং থম্ম থম্ম উরক্লে। মমাদ শরুংন হিলাক অমা চেন্নুনা মচম্ম পিজরে। মদুগি মতুংদগিদি, শক্তমদি মমি তাক্লব কোর্টোগ্রাফরগি অঙোম চেজেংন হাইপোদ হিংলগ শক্তম মমি শেংলকপগুম, চীতম্মগি মমিং নিংথিন উরে। মশিদগি হেক্ক হুংঙাইবশিবু করি ওইহনসিপে? ঐদি শরুংবকি অহানব থুংম্মোবমক্তদ মঙ্গল ওইতুম মগুস্তন অতিয়া মপোল মৌথিক অমদি উরক্লব চীতমগি মিংস্থু উরকপ অসিদ হায়নিংঙাই লৈতন হয়াওই। মাবু রাম্ম হুংশিল্লবো। ঐনা হরাওব অমস্থং মাকু হুংশিবদগি হেম অমুক চীংমুরাম হরাওজে অহুগ হুংশিজে।

শরুংবকি অহানব মাখল মমাগি মোংকম শেম্বনি। মমাবু নিংথিব লৈগি কমুদমক মত্রবদু তেরাগি মোনপাকথক হিপ-হনবন মাগি আশানি। শক্ত চুদ রাত্রবী চীংমুম্মা, অক্ব হুঙাইবগি ঈয়াইদ মোংদারক্তুন, পিঙেলগি নোঙম শাখেক জগোই উংলক-পদ ডাচরি। হুংঙাইব অসিগিদমক অক্রাকপ ওম থোইদ অমকপ শক্লোন লৌরম্বহু, হৌজিক্তি ফজবতন লৈথেংহন ফজরবী চীংমুরা, নীংথিরবী চমুরাগুম নিংথিজখে। মতাংদিদ কেশোদংগম্ব হিং-লমহন ফজবহু হেনগংহম্মবদি, হুংঙাইবহু কয়াম হেনগংহল্লকব!

মথংদ শরুংম মরুপকি চাম থুদোলগিদমক থৌরাংলক্লে। পুন্সিগি অহানব গুরু শোরমীগি কাওরোইদম থুদোল ওইম মচানবু পিথে নিংথবনি। শরুংম মমাদ মাগি আশা থাংহল্লুবদ মমাক হন্নাও হন্নাও রাবিরক্লে। কয়াদ হুংশিখ্রবশরুংবকি মমানো?

অনিগি লুহোংনবগিদমক অহল লম্মন থিবিরু ব্রায়েপ্পথে। মচনগি অউনপোৎকিদমক অনি অনিতন খুজিং ওইহুন পৈশিনখ্রে; অঙকপনি মরুপকি মুংশি ঈৎল ঈরৈ, শরৎকি থমোয়দ কংনাইদন চেল্লিব। মচনগি ব্রাখস্তন অহিং মুংথিল কয়া ফুম্বংনখিব অহুবু মাগি হোৎনজমন্দ মপু মাগি মতেংন তেংবাংহুন কয়াদ হয়াওনিঙাই ওইরিব! হৌজিক্কি শরৎকি পুন্সিসে। পূর্ণিমাগি থোক্লপদ ঙাইরিব থাজন পাক চাওন নিংথিবগুম, নিংব থুংলনি খঞ্জবদ পাক চাওন হয়াওজরিব শরৎনি। চৌতমগ শোরমীগ লুহোংলগনি হায়হুন খুনবুম থুংন বার্তোন তৌখ্রে। অহুবু অল্লাবনি, মীওইব পুন্সিগি মুংঙাইবদ, অল্লাব য়াওদব য়াদবসিবু, মপু মান লংনবনি হায়সিরা? লুহোংগদব হায়েংনি হায়ব মুমিং· অহুদ শোরমীহু য়ায় কন্ন নারক্রে। শরৎন মশেন ওইগদৌরিব শোরমীবু করম থোক্লগব হায়ন মিপাইহৈক্রে। মতাংহুদ শরৎন অঙাং ওইরিডোংগ ব্রাখন অমা থংনিং নিংশিংলকখি। নোংম খণশেনম্মিন্নহৈদ মহাক্ন শোরমীদ হায়খি, "শোরমী নংসে ঐগি থব্রাইনি, ঐগি অহৌব গুরু অমনি। ঐ ডাক্তর তমগনি। ঐন ডাক্তর ওইরব মতমদ, ··· ··· ··· ··· নংগি লমনসে নোংমতাংদি শিংব ওয় ওইজগেকো।" ব্রাখন অসি নিংশিংলুবদ শরুৎ অঙকপ অমস্তুং অল্লাবতন থল্লব মাগি অঙাং ওইরিবৈ পুন্সিগি মঙ অমদ তাওরুই। মান শোরমীবু ফনব য়েংগে নিংহুন কন্ন হোৎনরে অহুবু ফগৎলকপ কৈত্রে। লুহোংব মুমিংফাঙব নাব ফজ্রে। মরমহুন লুহোংব য়ৈথোকখ্রে। মুমিং অমা অমুক লেপ্লে মঙ্গলদমু ফজ্রহুন অমুক নাব ফজ্রিফাওব য়ৈথোকখ্রে।

পিক্লিইৎদগি ভিন্নবকপ মরুম্প্নি, শোরমীগি লৈনাদ্রু অহৌব নাইব লৈনানি, মপাম্বোংদ ফনব য়েংদ্রনস্নু, তোইন তোইন হৌরগনি হায়ব শরৎন খংই। মরম অদুন মহাক শোরমীগি অনাবদু ওপরেসন তৌরগ লৌখোকে খল্ল। অদুবু শোরমীগি মমান শুকয়া য়াখিদ্রে। মমানময়াদ্রবদ উপাই লৈত্রব শরৎন হিদাক কয়া কয়া চেল্লগ পিজদুন শোরমীবু লাইয়েংলমই। খর লৈরগ শোরমী অনাব ফরক্লদুন, চীতমগ লুহোংল্লে। মচনগিদমক পুং-জাওখিন্ন, কল্লকমাংদ লেপ্পদুন কয়াদ মিংখিন হোৎনখ্ৰ! লুইদ ফজেদ। অদুবু লুহোংব মতুং থা অমরোমগি তুংদ শোরমীদু কম খুদোংখিন নারক্লে। শরৎন চাদ-থক্তুন শোরমীগি থব্লাইজবু কল-হৌরবদি মথক্লাইফাওব শিন্নগে হায়ন হোৎনৈ। অদুবু কাম্নখিদ্রে, মমাগি রাশি লৌদুন মরাইবক খিরবী চীতম, তুংকোইন মপু-রোইবগি শেবা ফংজো তম্নমখিদ্রমাল্লে। শরৎন ওপরেসন তৌসি হায়ন ফন য়াম্ন হায়জৈ অদুবু মচাগিদমক রাজবন মঙ্গন ওইরবী মমার শুকয়া য়াখিদ্রে। নোংমগি কুমিদাংলাইরমদ শোরমীগি পুন্সিগি মঙলাল লোইখে। হা চীতম নংতবু কৌনিংইনে থমোয়-শোক্লা! চীতমসনা নংসে নহা ওইন লুখ্রা ওইযু তম্নবক্লিক্লো। নংতগি অন্নাবন নমাস্নু পোৎথাহল্লরোইদো। নংগি পুন্সিদি লৈকাংলা ওইহৌরে। কপলে কপ্প য়ারব, মোক্লে নোক্ল মুংজাইত্রব, ওইরেদো নংগি পুন্সিস্নু নম্নাগুম? কমান ভেংথাবিগবি, পুন্সিচুপ্প জাইবকখিরবী নংগিদমক। ডাইহাকি ডাৎনিনে, ডাইবংলিল্লা! ডাইহাকি হরাও ইশৈনি, মুংজাইখোকপ হৈব কনান, কম্ন কম্ন

খৌনাও তংপমখৈ শক্লিব। মুংশিজব মকাদ, কনান তাংতৌরি মুংশিব শাদ্রুন, মুংশিসন্নব ওইবন! মীনম লাংথাক্লরি, মিংতাংবগি মফমদ মশাবু শাধুনি হায়শিন্নদ্রুন, অদুবু পুম্নমক্ক চপ মান্নন ঙাইরি শিবতবু! থকউ পিরাং, কপ্প্ তোইন, ঙাইয়ু নংন্সু শিবতবু।

শারব পুন্সি কালেনগি মৈশা মরক্ত, নোংম কনাগুম্বী চম্নুরা অমন, মাগি পুন্সিগি লৈবা নাচোম লৈচল থিজরমই। মিপাই-চাওন ইকাইখিরবী ওইবন হায়জবসু হৈজকদে, ঙাংজবসু ঙমজরুদে; মথুন্ত পায়রিব য়েন্দাইবু তিংখোক্তুন লৈরাংগি লৈখোংদ ফমলগ, তারকপ লৈরাংবু মুন য়েংদ্রুন লৈরমই। কল্লক মৈশাতবু কিজরব লৈরাংন য়েন্দাইবু উবিদন লৈমাইদ তারি চোইজাইন পোপ পোপ।

লৈকাই মিনোক কয়ান ঙাংনরকপ মীপাওন, মুংশিব করিনো, সংসারন করিনো খংদ্রিবী, খুল্লাকপগি মমোমলোই অমত্ত পোম-শাংনজবী ঙমলৈলাগি ঈ-তোংশা থুদিংদ খোরাং ঈহৌ তোইরক্লি। মাবু শরৎত মপা খুল্লাকপন পিগনি হায় হায়দ্রুন, লৈকাইন ঙাংনরকপ তাঙৈদগি শরৎকি মুংশি ঈচেলতন মাগি হকচাং কয়াং থুদিংদ শিম্নুংখুবনি,। নোংম মুরান পম্বৌ চাইগোনগি লৈকোনদ লৈরাং নাচোম শেম্নদ্রুন লৈরমই। শরৎত্ত পিগে থম্ন শেমজব নাচোম্নি। অদুবু করম পিগনি থন্দুন, নাচোম শেম্নব লৈ অদুদ মিং কুপ্তন য়েংলদ্রুন লৈরমই। মতাংদুদ নারোন্দগি শরৎন চোংখোরক্তুন ঙমলৈলাগি মমাইদু মতুংলোমদগি কম্ন খুমজিল্লমই। চীংমুরান কানা ওইরমগনি খংব ঙমখিদ্রে। 'তৌরকম্নু' হায়দ্রুন কম্ন পায়রক্লিব খুং অদু ময়ান চিক্লমই। শরৎন খংথা

খাদোক্লমই। হঙ্গৎন য়েংবদ শরৎ ওইরম্নবদ ইকাইবন মাই থক্ষম লৈখিদ্রে। শাওশিন্নহুন হায়রকই, "করিগি ইথক থক্লিবনো?" ঙমলৈলান হায়দোকখ্ৰব মতুংদ করিগি অহুম হায়রুরিবনো হায়ন মদোম নিংঙমদন ন্নারকচহুন মচিনবান অনিহু চিকথৎলগে মতৌগুম উমশিনখে। ইচম চম্নব থমোয়গি মপু ওইরিব শরৎতি মচননি থম্ন লংনরুবনি হায়রক্লিব ন্নাহৈ অহুস্নু মচনগি ওইন ন্নাহৈনি নিংহুন করি থল্লুব লৈরমদে। ইচম চম্ন হংলক্লমই, "করি তৌ-রম্লিবনো নথস্ত, ঙমলৈ? ইপা লৈহৌব্র? চংলসি লাক্লো, লৈকোনসিদ নথস্ত কনাগি তেংথারিবনো?" মতাংহুদ ঙমলৈলা ইকাইব থর ফম্রে। তবারব মচিন্দগি হায়নি হায়রোই থংদন হায়দোরকই, "ঐগি পুন্সিগি লৈরাং নাচোম লৈচল খিজরিয়ে। কেলম্ব লৈরাংস্নু খুঞ্জনিংদে, ইখুৎমরুস্নু হেক্লিংলুদে, কেম্নকপ লৈরাং-নস্নু য়েদাইবু উবিদে।" হায়থ্রব মতুংদ করিগি অহুম্ন হায়কবনো অমুকস্নু থল্লি, চিংনবত মথংই। শরৎন ইহি হিগৎন হায়রকই, "এ অহুদি ওস্থোক্ল লুখ্ৰেদ ঙমলৈ। নখুৎন হেক্লিংত্রগ নয়ান ঐগি খুৎ চিকথৎপগুম হেক চিকথৎলু নত্রগ ঐ হেকপিগে।" ন্নাহৈহু তাবদ ঙমলৈলাহু ইকাইরহুন লুকথখি। শরৎন শকফম হুঞ্জিন্নগ অমুক মখা তারকই, "তৌথোক্লব্রগ ইকাইবস্নু শারিমাল্লে। য়েংঙোই য়েন্দাইন ন্নাংবন ওইরমগনি। ঐ ইপা উনব থেংখ্ৰগনি, লৈরাংপাম্বী কনানো ঙাইজহৌরো।" অসি হায়রম্নগ শরৎ চৎখ্ৰে। ঙমলৈলা মোমোন নোক্তন মাগি লৈ নাচোম পায়রহুন লৈহৌই।

নোংম নোংমগি অস্নুম শোঞ্জিন্নকপন খুল্লাকপদো কুইন

পুন্সিনি খাজরক্লে। মতাংদু য়োরক্লবদ মচা মুপাগী শরৎত থাজরগে খন্দুনা চীংমুরাগি মপাও হংলুরে। করবস্থু করবস্থু খুল্লাকপ মাতগি লমন তোল্লে খল্লব চীংমুরা মমা মচান করি কমদৌন য়ারোইদগে ? হরাও পন্দোল লোয়রে। লুহোংবগি মুমিৎ লেপ্লগ্রে। খুন শিস্থুংব পাওজেল্লি। অওং অউনগি পোত্তন খুরক হাংদন খুল্লাকপন শিনখে। হবাও তয়ামগি খোঞ্জেলদ পুম্নমক মুংঙাইনরি। খর চাথোক থক্তোক্লুন কান্নহৌনবগিদমক খুল্লাকপবু থাগৎনরকপ, মমোংবু থাগৎমরকপন খুল অদু খুল্লাকপগি মী ঙাক্ত ওইখে। মশাগি কান্নগদব মতমদ মোইথেম তৌদুনা চান্নশিনব অমসুং হায়জবসিবু অপংব শীবগ মান্নদ্রবে ? তৌববাদ তেংবাংমবননি।

ঙসিনি শরৎকি ইনৌ নৌরব পুন্সিদ খোংদাগদব মুমিৎ। চীংমুরাতদি অমুক হরাওই, অমুক য়াই; ঙাইহাক নোকই, ঙাইহাক কপই অস্তুম তৌই। মতমদুদ কেশো মাতগ হিংলমদুন চীংমুরা মান মচাবু করম য়োকপগে খংজরম্নবদি, ঙসি মচাগি লুহোংবদ চীংমুবাগি হরাওবতমক ওইরমগদৌবনি। হরাও মু ঙাই ঈপাক্ত শরৎকি লুহোংবস্থু পন্দ্রব কৌশিংগুম তাওখে। হরাও তয়ায়, মুংঙাইরব মুমিৎ অদু হৌখে। অহন ওইন শোঞ্জিল্লরুব, মাগি লেমহৌরিব পুন্সি খোংচত্তি লাইনিং লম্বেলদ ওই-রগে হায়ন খুল্লাকপন খন্দুন, মরল মথুম খিবিক মচা মরাদ শিল্লথোক্লে।

লুহোংবগি মতুংদ নোংম শরৎন মমাগি নাক্ত চংলক্লুন

হায়বকই, "ইমা, খুল্লানব চৎখিব ইপাত্বগি খোঙ্গুল লিব মতম ওইদ্রব ? ইচনাগ লুহোংবদসু লাক্কে, ঐগি লুহোংবসু য়াওরদে। নয়াথংতবু পিবিরো, মাগি লৈফমত তাকপিরো, নচা থিজরুরগে। ইমাগ মুডাই পুন্সি লেনমিন্নরনব, মাবুত খোরাংলব নচান কৌজরুরগে। চেংলৌফাওসু উজহোদ্রব ইপানি। মিংন করি কোল্লোইনবগে? নচাদ ওসিদি তাকপিরো।" ব্রাকম অসিমক্তবু মথা চিক্কুন, চৗংনুরান ওইদব ব্রা ডাজুন লৌনম তৌখিবনি। ওইদব শাজং লিচৎনজনিংদ্রবী চৗংনুরাসে, ওসিদি মাগি লৌনম লাংদগি লোথোকচরগে। চৗংনুরাগি থমোয়, শারব পিগি ঈরিক্ক ঈত্নন ঈহোরক্লে, নিংথিরব খজাই অনিদ ঈহৌ কন্ন চেন্থরক্লে। থমোয় ফাজিনবগ লোইনন হায়রকই :—

"ইমাগি ইবুংঙো শরৎ, ইমাবু ব্রারৌগমুকো, নপাগি নিংব থুংনবগিদমক ইমান নংগি নফমদ চাওরব ইরাল অমা লংঙ্গে। ঐন লৌনম তৌতুন অরানব ব্রাহৈবু থাজহনখে। নংবু পোকপ পান্থৌদি শিখিব কুইরে।"

শরৎ হায়ফম খংদ্রব ঈথিল অমা ফাওরকই। মহাক্ক শোন্থাংনন হায়রকই :—

"ইমা ··· ···! শিখিব কুইরব মাবু?"

—"মহাক মৈতৈনি, নমাস্থ মৈতৈনি, নমান নপাদগি হান্ন নংবু পোক্লম্নগ শিখবনি।" চৗংনুরান হায়রকখি।

—"মখোইবু মৈতৈ! অতুদি ঐসু মৈতৈমচা······? মমাংঙৈগি য়ব্রান ইমাগি লৌনম ··· ···!"

—"মাগ্নি নংস্থু নৈতৈ মচানি, ঐদি নংগি পোক্তবী চীং-নিঙোন্নি।"

—"নংবু ঐগি পোক্তবী ইমা………?"

—"মাগ্নি ইমাগি নিংথেম, নমাবু ল্লারৌগন্নুকো, পাঙ্গল শোনবী চীং-নিঙোন ওইখিবন ইয়ান নংবু নংগি শাগৈলক্ত খিল্লুব ঙমদবনি।"

মঙ অমদ তাওকরবগি তুংদ শরং মঙকাওনরক্লে, মমাগি মখোংদ তুবহুন হন্ন হন্ন কপ্লক্লে, "ইমা নংগুম্বী অনি শুবরা, হায়য়ু কদাইদ লৈ? নংতগি থোঙ্গাল ঈরি চুথহুন চাওরক্লব নচানি, ইমাগি লম্মন শিংব ঙমজবতদি পিবিয়ুকো। ইমা নংসে নংনিকে। তাইবং ঈরৈ খুদিংদ অফবগি মঙ্গলত ওইশনু, ইমা নচাবু কোনবিয়ুকো নথান্নুংদ অহিং হুংথিল নাইবিদন!

লৈরিব্রনে নংগুম্বী 'মা?
থোরক্লোনে পুর্ণিমাগি থাজগুম
ঙাল্লরো মেরাগি থাবলগুম।
য়েংজগে থাজবগী নংতবু মুন মুন
থিরক্কে কাচিন খুদিংদ।
নংগি শাথেক্কি তাস্তন
নোমহল্লো তাইবংগি হকচাং,
থাহল্লো তানথা, খোংবী খুদোম্বীন।
নংগুম্বী মমাগিদম ঙাইরমগে
যুগ যুগ খুদিংদ লৈন লৈন য়েঙ্গহুন।

ওইজব তানব সমাজগি,
পুকচেল থারব মীওইবু
নংতগি প্রেম লাইজন
চাকহল্লো অনুতাপ্ন, শেংজনব।
কোঁকচনব মপাপ লংজরুরব।”

লোই শিঞ্জরগে। অসিগুম্ন তাঞ্জা ফংবদ নোংমস্থু লিজগে তানিয়ু।

## লোইরব।

